পব্লিসব '—
হাউমোম ব্রোস্ এণ্ড সিষ্টর্স
হোম লাইব্রেরী।
সেগা লম্বী, হাইমোম কোল্লুপ
ইম্ফাল, মনিপুর।

অহানবা খুৎহম
১০০০ কপি
ফেব্রুযারি '৯৭২।



নম্ফম:
নেসনেল প্রেস, পাউনা বজাব, ইম্ফাল।



হূং শিজ্জববা,
পোক্লক্কম পাবি-ময়োমশিং।
থৌনা ফরবা,
ঈরৈবাক নীংবা মচাশিং!
ঐনা ভুসি হেকচকবা
হৈরাং-কৈরাং অফংবা
শকথঙদবগুম য়েংবিয়ু
শকনৌবগুম পাম্বিয়ু,
হাউম্ন্-কাউম্ন্ তরাইবিন্নু
মহৌশাই-মানশাই থনবিন্নু,
রাজুনবা নোংমগী
হেন্দনবা ওসিগী
ভবা চিন্দম লাগিযু
নংথ্র শাইনোন থেংপীয়ু!
কচ্চবি লৌবিয়ু!

---



লৈরাং অমত্তগা লোবিসি
　　পুক্নীংনা পাম্বা য়েন্দ.য়দগী,
লৈরাংগী লৈনম লোবিয়ু
লাপ্পদি পক্লা চিনবিয়ু
　　পেনবা ওইজাগে লৈরাংবগী।
হৈরাং অমত্তগা থনবিসি
　　হাউবগদবা, পোলাংদগী
লৈত্তোনদি শোক্লা তংবিয়ু
থম্মোই তানদি তাবিয়ু
　　হারাওজরগে হৈরাংবগী।
পলেম' লৈকোৎপে হেক্রগা
　　লেপ্পু' লৈরাংক্ত' ভনবা
　　　　লাইজ খুজ্জোক নীংফরি,
পম্বৌ' হৈকোৎপে হেক্রগা
　　তত্তু' হৈরাংক্ত' ভন্নবা
　　　　হারগী ফিগাও শাজরি।

---

## হীরম লামায়

পাবিয়ু পেনবিয়ু

ঙুংওইবিয়ু হয়াওবিয়ু

নীংশিংবিয়ু কাউবিয়ু

লংনবিয়ু ঙুংশিবিয়ু।

# গ্রীগী শৈরেং

## কুউ খোঞ্জেল তাবদা

শজিবু থাগী হৌগংলকপদা
মাইকৈ 'পূম্বা ইশং-শংলবদা
কোরৌ হনবগী মশেক্লা
বাতোল-উতোল ফুদোংলে।

অযুক্কী থৌদাং লোইরকপা
ঙাইহাক পুক্নেইদি পোথাবা
য়েংখি য়েংখিবা খুদিংমক
কযাগী মতিক ফজরে।

য়েউ, থাকদনা হৌরিবা
হংখোল চিদাইদি পনড়াকপা
চৌংথাউদি নৈপাল ডান্নরৈ
পূময়োম যোম্মা শাংকায়রে।

বৃন্দারাণাগীদি খোগলৈ
লমজাও লমজংগীদি উকমলৈ
তোমাল-ও চাউদ পুক্নিবা
খোইমু নৈরাং য়াওয়রে।

হৈরাং পাম্বী লৈবাং খিবিক্লা
মাঙওন্ট তুংওই অনৌ' মনানা
শয়োম শঙ্গু মথং মথং
ঋতুই থৌগনবু ঙাইজরি।

লিরি লিরিবা নামিবা
মাইয়োল্লবগী পেন্দবা
তাংথক ঈপোম মরক্তা
লৈনম-লৈনমসু তাউরকলে।

খোঙ্গেল তামা মতম অসিদা
অর্রা বা উনা অপুংবদা
তাখি—"কুউ কুউ কুউ"
লুম্না নৌববা খোঙ্গেলনি।

তাখিবা নীংশিং খোঙ্গেলগী
কুহুদো কবি কোলোমগী
উরে শকফমদো মিত্তুসু
লাইযেকপা মাগী কোকিলদো।

চংশিল্লি খোঙ্গেলহু তম্না
নোংবগী ঈথৌ লাংবনা
পাম্বদগী অরেপ্পী 'মা
কুহু কুহু ওইববা?

উরেনে শকফমদো তরুনা
তাবেদো খোঞ্জেলশু তশেংনা
রাংনা পুঙলবা উনা 'রুক্তা
কুউ-কুউ-কুউ চিংনা।

"নত্তে'সে কোকিল" হায়নৈদো
"উফকচাবী চেক্লানিদো
খেনৈ, মান্নদে মখোলশু
হেল্লি লুপ্বা কোকিলগীদি।"

অতবু, চুংশিজৈ ঐনা
উবনি শকফমদো তাংনা
নশক নখোঞ্জেল 'তুতনা
মুংঙাইহল্লিনে ঐন্তবু।

পামজকদে কোকিল হেত্রিডিজগী
কল্লকচকদে শেল্লি ওর্ড্‌স্‌রার্থ্‌কী
নশক নখোলঞ্জেল পুন্নমক
উজ্জযনীদগী মহেল্লি।

কৌজগে নংবু ঐগী কোকিল
খঙ্গোইদা য়েকচগে 'শক খোঞ্জেল
নঙগী নানৌ সুর তাস্থাদা
হবাউ-জগোই শাজগেকো।

হে শৈশকপ-ও, মৈতৈ লৈকোলগী
বসন্ত য়াকাযবা মানৌ থাগী
কুউ কুউ কুউ হুংশিববা
জগৎ পুম্বা তাহল্লোগবা।

---

## অনৌবা চহিগী কুম্মৈদা

অরিবা চহিগী অমনবা
অনৌবা চহিনা নল্লবে,
অরা হুংভাই হৌথিবা
অনৌবনা চামথরে।
চামথোকলবা তকনা
পুক্রিং মাগী অমোংপা
লুননবা নৌহৌনা
থম্মোই ঐগী অমকপা
চেন্থুরি ঈবা মীত্তগী
লেপ্পা নাইবা লৈতনা,
কোক্ন, অমোৎ নোংমগী
থীকলি নোংভাল লিক্লানা।

## ঐগী শৈরেং

মালেম নৈমায থোংনবা
        কুমগী নোংদি লাক্লোইদ্রা,
পাক্লা শন্না চান্বা যাবা
        ঈচাও-ঈনোং হাপলোইদ্রা ?

চহিগী অৱোইবা কুম্মিত্তা চৈরাওবা
পৃথ্রী হকচাংগী অশাদা অনৌবা,
হৌথ্রবা চহিগী মখম ঐগী যুমদা
অনৌ' চহিগী মখমনা নল্লবদা,
ঐগী থম্মোয় পামেলসু
        অৱি-অনৌ শিল্লবে,
উপাল-রাপাল খিবিকসু
        অনৌবা নাকোল শিনখরে।
সুমগী পোস্নী পোন্নুংশি
        মখৌ পোঙথোক্লবক্রে,
লমগী চেক্লা চেকসুংশি
        সুংশি শৈহেক হেল্লক্রে।
তাবদা খোম্থাং মখোয়গী
        ঙাইহৈমদনা থোরকলে
অনৌবা যেন্নীং পামেলগী
        মাইকৈ 'পুম্বা নৌরকলে।

ঙাইনরম্বা পুম্নমক
মহৈ-মহৈ উন্নবে
লেপ্পখিবা ঙম্নমক
শোযনদনা থেংনবে।

থোৎনা মিপাই চাউববী
লৈপাকলৈ কৌবী নৌরবী
পন্দেম কনা তাক্লমদা
কল্ল' লৈতঙ্গায কিকদা
অনৌবা চাহগী সোড়োক্তা
ঙাকশেনবী কনা যাঙবক্তা,
বজ্রাই-বেঙ্গুন চেক্রাগী
তাবি যেলি পোশ্বীগী।
ভাবোক্তা মথেল ফাবনে
লৈপাকলৈগী উবনে
পোশ্বী-চেক্লা লৈশকপী
পীবি থোস্নাং লৈজবী।

সেবান্নিবা মালংবা
তাঙ্গা খঙনা থোগল্লি,
ৱাররিনি খঙলবা
খুদোঙ হুমাই থোগল্লি।

লৈনম য়েন্দায় পায়তুনা
　　ভাবোক খুদিং য়েল্লরি,
ভাবোক রস চৃপ্তুনা
　　হরাও-মথোই কানরি।
মতম অসিদা য়াওবিবা
　　ঐস্ভু ভাবোক অমনি,
সেবারিনদি চিথরম্বা—
　　হেল্লিবদি ঐতনি।

---

## নানৌ-নাচোং থাগী পান্থুংশি

ফাইবেন-লমদাগী হুংশি-মীনোক্তা
　　ভাওজকরা শজিবু-কালেন্না
লৈরাং মমি তম্লবদা
শীঙেল লৈশাংনরবদা
　　মহোশা কৌবী লাইবেন্থীনা
　　অশংবা ফিজেৎতি থোন্দুনা
মৈতৈ লৈকোল কোযবকপা
কয়াগী মতিক ফজবা;

মালংবা মায় খোংগল্লি
লৈনম লৈনমস্ত কংশিল্লি।

মতম অসিদা পোম্বী চেক্লাশিং
মহৌশা লাইরেম্বী ওকচবগী
লৈজবা মুংশি খোম্থোক্লা
মুংশি-মুংশিরবা স্থরদা
লৈরেল-লৈহেক্লবক্লে
প্রকৃতি কোলোয় শোল্লক্লে,
মণিপুর সনা লৈবাক্কী
চীংবুরোই ওম্বুরোই খিবিক্কী
করি লমদবু লোংলুবা
চাউথোকচৈ থম্মোই তাবিবা।

তারিবা মুংশি খোম্বাংলক্লগী
লৈহেক্তি খোইনা হেন্না মুংশিব
চেক্লা নহাকপু কনানো
নমিংনা করি কৌবনো,
করি লৈকাইগী পামেলদা
হৌরিবা সনা লৈকোলদা
চেক্লা মাবেক তানবনো
পোম্বী শঙ্গায় ওইবনো?

চেক্লা শঙ্গায খঙনী'ই
কোশোই মিংলেন তানীংই।

তাবমক্তা মুংশি নখোঞ্জেল
নীংশংই মুংশি মিংলেন পীথাদোই
পীচৌ-পীচৌদো থুম্লবা
পেন্দ-থম্মোইসি কাউদ্রিবা
নৈশঙ্কপীদো নহাবনে
খোঙ্গৌপী অদো নঙলনে ?
মায়রবসু মুবদা
অহুবু নৈশেংকি তোঙ্গদা
ঐগী থম্মোইদ চিংনহল্লি
থম্মোইনা নাম্বদা পাউহংলি।

পীথাদোইগী দিনে তাখিবদো
খোন্থাং অহুমগী তান্থা তরেৎনি
অহুগা নঙগীদি তাবিবা
ঐগী থম্মোইবু চিংলিবা
খোন্থাংহুদি তরুকনি
তান্থাদনা তরেৎনি,
পী-পী-পী পীপী চৌ থুম্লবা
তান্থা তরেৎতি থক কাযদবা

চেক্লা নশক খঙনীংই
খোঙ্গৌ নমিং তানীংই ।

নানৌ নাচোং থাদা শৈশক্লিবা
হেন্দোক-খোইদোক্লিবী শৈবরুগী
ঐগী থম্মোই শুক্ষংপী
নানৌ থাগী শৈশকপী
চেক্লা নমিং খোনগেকো
কোলোয় মিংলেন হাপক্কেকো
পীশৈবী-ও পীথোইবেন
পীশকপা-ও শৈথোইরেন
পীপীথোংবী পীহুংশী-ও
ঐনা কৌবা থুম্মকউকো ।

---

## চীংন্নুং চেক্লা তাম্নাদা ।

হা চেক্লা তাম্না ! শৈশকপী চীংন্নুংগী
কৈদনো নঙবো, তাম-তাম শক্লিবা ?
চাক্লবা কান্দা অমম্বা অহিংগী
করিগী নঙগী নশিনচাং ওইরিবা ?

অহিং চাক্লাবী মুংথিল যাওিপ্পী
কৌগেকো নহাকপু চেক্লা খোঙ্মৌবী
ল'লবা অতিয়া খরানমিচাক্কী
চাক্লাফম শান্নফম্ননে নহাক্কী ?

মু'ঙাইরবা মুংথিলগীদি মতমবু
হৈনদবরনে লোৎপদি চেংনা ?
সনা মানবা মুমিংকীদি মশকপু
কিবরনে উত্তবদি নশক্লা ?

লোইবা চীংশাংগী লমদমবু লহি'দা
শীম্হু'না পাইরগা "তাম-তাম" শকপদি
তাহল্লিবগেনে নঙনা কনাদা
কবি পাওতাক্তি, করম্বা শৈশক্তি ?

অহিং তাংলৌদি অসিদা, হা চেক্লা !
নহাক্কী "তাম-তাম" মপুগী কোলোইরা ?
পাউদম্মুগবা তাম্না, হাদ চেক্লা !
মহাক্কীদি হুংশি ভেংথা-নাওইরা ?

লাকপা নিংথৌ, খুঞ্জাশিং পুম্ননক
নিদ্রা লাইরেম্বীনা কোনশিনবিখরে ;
নঙগী তাম্বা "তাম-তাম" মতম অসিমক
ঐঙোন্দদি কয়াগী মতিক মুংঙাইরে।

নঙ' শৈশক মেঙন্বা নাউশুম ইশৈদা
 হু'ঙাই তুমখুন্দি হুন্দুনা পোথাবি ;
য়াকবা চীজারোই নোমই শিন্থাদা
 পাঙন্দি শিন্থা হযে'গী, হাপ্পীবি।

হুগনে ঐচোন্দদি লাইরেন্নী !
 তেকখৎলেদো অহোনতুম থম্মোইসে
ফুন্থদগী লেন্না লুংঙাইব, নঙগী
 "তাম তাম" ঈপোমদা তাউরেদো ঐহাকসে।

পাক্লবা লৈকংলা মক লমদমগী
 শক্তি' আশা মরীচিকা উবদা,
শবউদবা চেক্র ! "তান-তাম" নহাক্কী
 থরাই-থকচাং মাগুমই, নঙগী তান্থাদা।

চাক্লবা অঁহংগীদি লুবব। থা
 গৌব ঈথক অমা "তাম-তাম" ঈপোমদা
থর'নমিচাক্কীদি কৈকোল অতিযা
 তগুপ-তবেংলি "তাম তাম" তান্থাদা।

খঙন-খহন শবখঙদবা চেক্লা-ও।
 পাউপুবনোনে নহাকপু কমংগী ?
তানা তানা শবউদব। তাম্না ও।
 শক্তি উত্ত শৈশকদি করিগী ?

উবনা চুন্নবস্থ তাবদগী
    থিজরোই অমুক অউবা অচুম্বা
তাবনা পামজরে অউবদগী
    হুংশিজ্জনে নখোজেন্দো তারিবা!

থল্লবা তপ্পা'কনি ফুরা-দোলান্না
    অতন্দা অনুক্পা খোং'লুশিগবা?
শাংদিবা চৈং'কোন্নুংনি চৈনা চৌনা
    "তাম-তাম" পুন্নমক তাংলুসিগবা?

রাশক চেংলবী, কবি রাশকনোনে
    তম্পাক লমদমবু পাংদবা নহাক্কা?
কবি শাপপু নহাক্কী চৈবগেনে।
    লোইদবী চীংশাঙতবু কোনবদি চেংনা?

চীংশাঙ লাঙ্গোল্লিবী হুংথিল শকলোংপী
    চরাঙনববা তমদদি লাক্লবোই?
শান্তি পাউজেনবী অ'হং শৈশকপী
    লাঙদবা থম্মোইদৈ খক লেঙলরোই?

নহাক্কী অচৌকপা শৈশকসে "তাম তাম"
    তাখি'নি থম্মো'ইাসদা চীক্ল-চীক্ল;
ছুংইনগনি নঙগী তান্তাদা "তাম তাম"
    চরাঙনববা ঐগী থরাই-মঙানা।

অরাঙবা পামদবী রাশক চেংলবী
　　শৈশকপী চীংমুংগী হা চেক্রা তাম্না !
পুরগনি নঙবু ঐনা থম্মোইগী
　　পোন্দা হাপ্তুনা, তম মাহকৈদি তম্না ।

লাঙনা নিল্লবা তম্পাকী লমদমদা
　　তাউজংগেকো নঙগী তংম্বাদা "তাম-তাম",
লাউ-খোংলবা যুবা দোলাল মরক্তা
　　তাউজরুগে নঙগী ঈপোমদা "তাম-তাম"

মাঙখিগনি মীকুপ্তা তমগী ইনিল
　　তিনখিংনি অাত্মা নঙগী শৈশংনা ;
তাববদা নহাক্কী শান্তি ইনিল
　　"তাম তাম" থুপ্লবা, থম্মোইগী কাচিন্দা ।

শকউকো তাম্না, হা শান্তি লাইবেম্মা ।
　　ইচীকপদতা শৈজনা শকথোদো,
লাক্রবদা কনাগুম্বা মা অমা
　　পেল্লসনু ঐগুন্না মাই থম্মোইদো ।

থকচন্নি নহাক্কী "তাম-তাম" অমুত
　　লোন্নদি থমজবা নহাক্কী তাম্বা ,
ওইজগেকো পাউজেনবা শান্তি দূত
　　চীং-তম মফম মতমদি পুম্নমক্তা ।

---

## চেক্লা পীচৌ খোংবীদা।

খোন্নৌনী-ও শৈশকপী
পীচৌ খো'বী খোনফবী।
যে'দৌ শগাই ভোংলিবী
পীচৌ-পীচৌ শকলিবী
নখোজেলদি শকলিবা
চিংন-চি'না খোংজিবা
রাখল ঈচেল কংহল্লি
থম্মোই ঈথক হৌহল্লি।

াঙ্গোল ময়ায চল্লবদা
লিক্রা নাপী কাযনবদা
চেক্লা তোইনা খো'বদি
নাইতোম তানা উবদি
বাদ চেক্লা চাউদবী
পীচৌ খোংবী খোনফবী !
মশান্নৌবু কৌবরা,
নাউতুম তাম্বা পীবরা ?

জীব পুম্বদি শিম্বারি
শৈশক্লা নংনা তাউথরি,

নঙগী নাউশুম ইশৈদা
নঙগী পাউমেন সুবদা,
পাৱী নমোম চাউ দ্রবী
মশাম্মো চাগোন্নৱিবী
পান্থো শৈয়োর হরাওবিনি
থংলেন শৈবি সু ঙাইবিনি।

শকথঙনসি চেক্লা-ও
থাপ্লগুসি শৈশকনী-ও।
সুংশি শৈশক তম্নু
শিন্থা ইশৈ শকপীয়ু,
চেক্লা শাখপা তাংগনু
শৈশক খোঞ্জেল লেপকনু
পামক্কে নঙগী নখোঞ্জেল
সুংশিজে নঙগী ঃশৈরেল।

শৈরেংগী থম্মোয়দি
শৈশকপগী থরাইদ
কোকিলগী'দ সুবনি
কুহু-কুহু খোন্থাংনি,
নঙগী শৈশক অনকপা
তান্নিবা পীচৌ থুম্লবা
শুঙ্কাৎপা ও'বে এঙোম্লা
মফম মতমদি পুন্নদা।

লম্ফা'লবা তাইবংদা
চৎকদ' লম্বীনা য়াম্বদ
কদোম চৎশিগে খল্লিহৈ
অরা' ঈপাক্তা তাউবিহৈ
য়াখল লাইযুম মথকসে
নঙগী শৈশক্না থুমখৎবে,
নঙগী খোঙ্গেল তাবদা
শক্তম মিৎয়েং থিবদা।

নঙগী মিরবা খোঙ্জলদা
থুম্নব' নঙগী খোম্বা'দা
য়াখল ঈরৈ লুপখরে
ফুংঙাই ঈথিল যৈবকলে,
নঙগী শৈশক ঈপোমদা
ঐনা কোযনা তাউবদা
স্বর্গই অমৃত থক্লমলে
চোকথ-থম্মোই তেকখৎলে।

নঙগী শক্তম ফুংশিবা
খোঙ্গেল নঙগী মিববা
থম্মোই লাইযুমদা য়েকখরে
শিদ' পামল ওইখরে.

অরাবা ঈচাও লাকপদা
রাখল লম্ম্ কুবকপদা
কোকহল্লি অবাম-খোবাংবা
পীবি আত্মাদা মুংভাইবা।

হংঙা খোঙেল তাবদা
শিকুরবা হকচাংদা
খোম্লাং 'মৃত ইনবগুম
শিদ-হিদাক চাইবগুম
পুম্লীং হকচাং তেকখৎলি
অরাবা ঈপাক কংহল্লি,
হো চেক্লা মুংশিবী !
কৌজরি, থরাই হিংহনবী।

ঐগী থম্মোই নৈকোন্দা
নঙগী পামেল হৌরিবদা
নঙনা কৌদ লাক্লগা
নখৌ পোভনা খোংলগা
ঐগী অরাবা ঈচাওবা
খঙহৌদনা কংখিবা
নঙগী থুম্রবা পীচৌদো
ঐগী নাউশুম ওইরিদো।

চেক্লা চেংলৌ উদ্র'স্থু
মির' খোঞ্জেল লোংগ্র'স্থু
থম্মোইনদি উজরি
পূক্লীংনদি ভাজরি,
ঐগী অরা' পোথাফম
'রাবা ঐগী কাউনফম
নঙগী শৈশক পীচৌনি
শক্তম শৈবেল নঙগীনি।

---

## চেক্লা লমখুনুদা।

পোম্বী কৌসি কৌঙমদে
চেক্রা হায়সি হায়ঙমদে
ইংখোল নাইতোম উৱাংদা
যুমথক যাঙলেন শতোন্দা।
নখৌ পোঙনা খোংলিবা
কুক-ক্রু কূ-কূ খুন্নবা
ক্ষুংভাই ঈথক ঈহৌই
হৱাও ঈনোং কাবকই,
হো চেক্রা খোম্ব,ম্বী '
পোম্বী লমদম তামখিন্নু।

নঙনা নাইতোম খোংবদা
নশাবী মানা পাইৱকপদা
নঙনা খোংবা লেপখিবা
মিৎযেং চাংনা য়ে খিবা
খীন্দ-শাখপ তোইকৃবনা
নোংমদোন অত্যা লৈপক্লা
অমুক লৈনা তাউথৱগা
তাম্নবৈ শাখপ লেপ্লগা
নশাবী নাক্রা তোংবদি
নতৌ উবদা মিহৌই।

অতোঙবদা শৈথোনবা
অকুৎপদা শৈতোবা
চেক্লা চীবোল তোবশিং
মীচং শঙ্গল নাইথশিং
বসন্তদতা পাইরকপা
লাকচীং থাদদি লাকুবা
পুন্সি মকপ ওইনীংদে
অমা হুংঙাই তাননীংদে,
পোম্বী কোগে হো খুনু—
নওতনি মক্লপ অশেংবা।

বসন্তনা কবম্বা
লাকচীং থানা করম্বা
চেক্লা নঙগী খায়রুদে
পোম্বী নঙগী থিরুদে,
অয়ুক-হু থিল অনীমক্তা
থাজৎ-থাজ খুদিংমক্তা
হুংশি শৈশক শকলিবা
কুক-ক্রু-কু কু থুম্নবা
শিদ হিদাক ওইরিদো
ঐগী থম্মোই তেকখৎপা।

চেক্লা নঙগী নহুম্ফম
পোম্বী নঙগী য়াকাযফম
নাপুং মোংশোং শেমগেকো
ইংখোল পামেল য়োক্কেকো,
উমাংদি মত্তা ফবদা
পোম্বী চিঙ্গাক হুল্লিবদা
লবুক পেন্না 'তাররাও
খঙনা মতৌ উৎলরাও
কুক ক্রূ কূ-কূ হুংশিনবা
ঐগুম ময়ামস্নু তাইনু।



## চেক্লা নোঙ্গৌবীদা

লাইজ হিদেন কুমদবী

পাম্বী-নমোম থমবনবী

চেক্লা নঙগী নত্তোবু

তাইবং ঐনা মিহৌবি।

"নোঙ্গৌবী নোঙ্গৌবী

শা বী কঙ্গো —

তুম্রেল লৈনাসি"

তাশি চেক্লা কৌখাকপা।

"মাই-মাই ঙমজদে

ইচা খোম পীথক্লিযে"

খোমলৌবীনা পাউখুমখি

নোঙ্গৌবীনা যাখিদে।

"নোঙ্গৌবী নোঙ্গৌবী

শা-ম্বী কম্বোং—

তুবেল লৈনাসি,"

"মাইয়ে-মাইযে, ইচা খোম ইম্লিয়ে।"

"তুবেল লৈকূং-লৈবাইগী

লাইজ মম্বীক অমত্তং

থকফদে ; থক্রবদি

নথুন পুমউ" শাপত্তৌখি।

খোইরুদ-শাপ কিরবী
চেক্লা চাদি নোঙ্গৌবা
লাইজ মালেম লৈমায়গী
খোকপা কোবা লৈখিত্রে ।

লৈবাক থোদা' অচোবদা
মচা চাউদ-কোনভৈদা
শিম্বা শকক মাহৌত্রে
চেক্লা চাদি নোঙ্গৌবী ।

নোংদোন লাইজ লিক্লানা
লৈখাদবা লৈচিন্না
নঙগী চরম চোৎলিবোই
পারী-নমোমগীদমক্তা ।

নোংদোন লাইজ রাংলক্রে
খৌবাং চবম কংলকলে,
কালেন মুংশাই থুংলায়া
ইরাই লৈমা কোত্রবদা ।

ইরাই লৈম'মুক কোজরো
হৌজিক চরম চোৎচরো
লৈবাকী রাবেপ কিরবী
ঈভাই থক্কী চেক্লা-ও ।

শৈবাক্কী রাবেপ ঙাকলিবী
মচা নীংবী নোঙ্গৌবী
তাইবং ঐনা হুংশিজৈ
হা ঈঙাই থকপী চেক্লা-ও।

বংলবা চরম্না খোংগৎলো
শৈমা মহাকপু কৌজবো
চাক্ল' থংম্মোই ঈংলনি
কুমগী নোংনা লাকপদা।

ঈঙাই থকপী নোংঙ্গৌবী
চেক্লা অথাং কল্লবী
ঐগী রারবা থম্মোইস্থ
নঙগী নতৌ তমজগে।

নঙনা রারেপ ঙাকপদা
অল্লা' কোঙ্গায খাঙবগুম
তাইবং ঐগী পুন্সিস্থ
চেক্লা নঙগুম খাঙজগে।

ঈঙাই থকপী নহাক্লা
নোংদোন লাইজ ঙাইবগুম
ঐগী রাবথা থম্মোইস্থ
মপুই থৌজাল ঙাইজগে।

---

# পোনগী চেক্লা উবদা

লমগী চেক্লা চেকচুংশি
পোনগী চেক্লা পোন্দুংশি,
নামতা উবা তাইবংনা
মশাইতা খনবা মীওইনা
চেক্লা নওবু লাঙ্গোই চন
তাইবং খুত্তা চল্লেদো,
মাঙ্গোন অক্লা অযানপোন
চেক্লাই কৈতুম ওইরেদো !

হে চেক্ল চুংশিবী
লমগী চেক্লা নিংথিবী,
তাইবং মাগী মাঙ্গোন্দ
পোনগী অক্লা মচুংদা
হোন-হোনা খোংজবা
অবেম্বা খোম্থাং ওইবেদো,
ফ্রং ফ্রং পাইজরিবা
চেক্লা শাগল তারেদো।

চেক্লাগী পোন নীংথিবা
সনাই খোংজী মিহোবা

ফুংশি নঙগী দমকনি
পাম্মু নঙগী শেম্বনি,
চেক্লা চীন্না চীকপদি
ফুংশি থুদোন পামক্রবোই
চেক্লা খোম্বা'নবদি
নপাম লমদম কৌবিবোই ?

লাইজ ঈশিং মুক্তাগী
অহাও চিঙ্গাক সনাগী
ফুংশি মানা শেম্বনি
পাম্মু মানা লাওবনি,
চেক্লা খানা য়েংবদি
তাইবং থরাই চরাংনৈ,
লোয়্নীংদ মত্তৌ উৎপদি
রাখল ফুংদা ফুংবংনৈ ।

পানগী লাইতোম চেক্লা-ও
অক্লা হক্লা খাঙবী-ও
কোক্লা পোনয়া মনাক্তা
চীন্না পোলাং কারক্তা
চেক্লা চেপ্পা য়েংবদি
নীংতম্বা অত্যা য়েংবরা,

চেক্লা শাথপ উৎপদি
   নীংতম্না পাইগে খনবরা ?

য়ারোই চেক্লা, নীলুম্
শোয়রোই চেক্লা, খল্লুম্,
   খোঙগী খোঙজী তক্তিংযে
   পোনগী অক্লা কেমত্রিংযে,
মশাগীতা খনগনবা
   তাইবং মাগী লীচৎনি
উন-উনা উদবা
   মানা নঙবু ফাবনি।

কনাগীম্ মাঙদবা
নীতম্বা নুংঙাইবা
   খনবিরিবা কনাগনা
   উবিরিবা কৈদনো ?
নঙগী য়ারবা পোল্লাংনা
   মাগী শৈতেং ওইবিদো
মাগী নুংঙাইবা থিবনা
   নঙনা শোমদনা য়াবিদো !

কপক্কম পোল্লাং চেক্লাগী
অয়াক্কম অক্লা নহাক্তী
   তাইবং শৈতেং ওইরিদো
   তাইবং মাঙ্গোল ঙাল্লিদো,

হু'ঙ'ইনবা মাগীডা
চেক্লা রাবা তাবরা,
মাগী ফনবৈদমক্তা
পূন্সি কৎপা যাবরা ?

হৌ চেরা হু'শিবী
শাখপ নাইবী পামজবী
পাইরিবা শঙ্গু উরগা
পোনগী মতৌ যেংলগা
চেক্লা নংবু থাদোক্তুনা
শঙ্গু লক্তা তিলহন্নী ই,
এশাঙ লক্তা তিন্দুনা
চেক্লাই হরাওবা উনীংই।

তুমা চৎপা ঙ.ইবংদা
শঙ্গু নাইবা মপোক্তা
নাইতোম পূন্সি যেংনীংদে
পোনগী লৈতেং পামজদে,
হুংশিজকবা নঙগীদি
লৈফম তাম্না লাকচগে
পামজকবা নঙবুদি
শঙ্গু উবদা পেঞ্জগে।

পোনগী লাইজ অক্লবা
সনাই চাথক অহাওবা
চীংজুম মানা হেল্লিনি
বোনগী উহৈনা হাওরিনি ?
ঙাইখো চেক্লা তপথখো
মতম অমা লাকখিনি
তপথো চেক্লা তপথখো
নপাং লক্লা তিন্নখিগনি।

চৌ চেক্লা নুংশিবী
পোক্ল লমদম পামজবী
হঙ্গং-হম্পা চংলমু
পোল্লাং চীন্না চৌকন্নু
চেম্বকপা হুমাংনা
অক্লা কোংহ্লিং কাবরোই
চেম্বকপা পিবাংনা
পোল্লাং শুমদি চাররোই।

লেংদ তোংন্না
থম্মোই যৌবী লাওনীংনা
মপু মাবু থুকমজো
ঈশ্বর মাবু নীংশিজো,

শঙ্গু লক্তা তিনজবা
    মপোক-মপোক খুদিংগী
নাইতোম তানা রাদবা
    নপাঙ শজু লক্তুগী।

চেক্লা খোঙদোইনগ্রবদা
অক্লা চীন্না শোক্রুবদা
    অক্লা মাস্থ ভুমখিনি
    পোল্লাং মাস্থ কেমখিনি,
চেক্লাই হবচাং কৈহোবস্থ
    থল্লাইতদি তিনখোকো,
অউবা ঐগী থম্মোইস্থ
    চেক্লাই লাইনীং য়াওসিকো।

## খোংজোম লমদম উবদা

লমলেন লমদম লমহনুংশি
খোংজোম পলেম লমহুংশি
    পোইবৈ লমদম উবদা
      থম্মোই শোক্লা ঈহৌই ।

কাউদ লায়োন চমগ্রবা
মৈতৈ ঈনা য়েগ্রবা
    থোকখিবা পলেম [illegible]ক্লা
    অহোইননা নীংশিংহ ।।

থম্মোইদগী হৌরকপা
খঙহৌদনা পাথরকপা
    লাইজ পিরাং ঈচলনা
      মাইথোং ঈনোং কাবকই ।

ঙাক্লবৈদমক নীংতম্বা
য়েক্ল-মাযয়োক য়াখিবা
    মৈতৈ থৌনা ফবশিং
      মাঙদা মপৈ উক্লকই ।।

মক্কমসিদা তুখিবা
মখোযশিংদো অকনবা
উরুবগা অহোঠনা
থম্মোই লাইয়ুম কাযদ্রোই।
মাঙজীন থাবা যেনখোযবা
চোংথা মিযা অথৌবা
লানশং শোয়না শা'বনা
নীংঙমদ ঈচেল পারকই॥

উঝা মশক খঙলবা
গুরু লুনা নীংজবা
শেঙ্গোই সনা মপারী
নঙগী থৌনা'বল্লকই।
মৈতৈ অথৌ' থৌনাফবা
চংগ্রবদা হন্দবা
মৈতৈ লৈমগী মপারী
খোংজোম পলেন্না ইহৌই॥

মিংকী পিরাং ঈরোয়না
খূজোক-খূজোক লৌহুনা
পলেম নঙগী লাইজবু
কোকথকসিদা হাপচরি।
থা'চেৎ ফিজিনা য়োমহুনা
থমখিবা পলেম নহাক্না

ঈগী ঈচেল ঈহৌবুবু
থম্মোই মুংদা উংপীরি ॥
তৌবিমন রা কাউদবা
ধর্ম্ম থৌনা অথোইবা
নাওল পাউনা ব্রজবাসী
থম্মোই পূজা কচ্চরি।

চোই তাবা রাখলদা
থাজদবৈ ঈথিলদা
যেক্লমাঙ চাংভাখিবসি
নীংঙমদ-থম্মোই ঈংৌরি।
থাজদ' রাখল মায়ওনবা
অশেংবা থৌনা হন্দবা
ও। বীর অকনবশিং
থম্মোই পিরাং কচ্চরি।

অকনবগী রাহিপকম
যেক্ল তিংথং পস্থিংকম
খোংজোম ভম্পাক ঈংলবী
নচানা তর্পন কচ্চরি ॥

লেপু' যাত্রিক ওইজগে
তীর্থ কোলোয় শোঙ্গগে

"খোংজোম পর্ব্ব" নমিংদা
শৈলক পুম্বা তিনশহু।

খোঙ্গৌ তাম্বা শৈশকপা
হুমিদাং মাঙ্গোন অশৈবা
বীর পর্ব্ব শৈশক্তো,
জগৎ পুম্বা তা'সহু॥

## থায়দা লৈশং যাত্রা।

থায় তুবেলদি চাউবমলে
থোরীগী মবৈ তাবমলে
লীতান থোবীত্ন তংপনা
নত্না লমদম তান্নবে!

ইবুংঙো [illegible]যুক্তি
ইনিংথো চন্দ্রকীর্ত্তি
উপায় গত্তি উদবনা
মায়থোং সনা থেংমলে

হায়নথিবা রাক্ষসত্ন
লেপ্পথিবা হুমিত্তু
খল্লবদা রাবনা
চীনবান থক-খা কংথরে।

লোইয়ীন-থমযীন মীয়ামত্ন
তোরম্মীবা ফিবমত্নু
উকবদা রাবনা
উল-রাইমুক চীকথরে।

মৈতৈ থোনা ফবব।
মনাই কনা অকনবা

লীতান থৌরী শম্নবা
কনা চোংথোক্লকনি ?
ঈপাক্লবা তুরেলনি
ঈ-ডাওরবা ঈরেলনি
লাইবক য়েংগে নীংখিবা
শৈলশং যাত্রা মহাকনি।

শ্রীযুৎকী অরাবা
কোকপা ঙম্ব। নীংখিবা
শিবা চল্লবা থম্দনা
চো থোকখিবা খৌনানে

ইনিংথৌবু য়েংহুনা
কৈথা নোনবা হূইগুম্না
লাইবক চাংয়েং নীথিবা
থোনা ফবা যাত্রানে।

সনা চোরোননা লাইবক্তা
শ্রীগোবিন্দনা থম্মোইদা
তিল্লিবা মীযাম য়েংহুনা
শৈলশ' বোর-মঙ্গোল নীজখি।

দম্নবার মঙ্গোল ওইনবা
পোইরৈ লমদম ফনবা
থুরুম লাইশোল যাত্রাগী
তুরেল মাস্থ তাবিখি।

ঐগী লৈবেং

থোৱাই মরৈ ঈরৈদা
ঈঙাও ঈগাও ঈযাযদা
লৈশং যাত্রা কোঙ্গোলশুম
উনিবা মীযাম খানখি।

থঙাহৌনা তাউথরকপা
পামেল উনাং অচৌবা
ফজিল্লকপা যাত্রা তম্না
নীংদোন পু খোল খোক্রখি।

লৈশং কোক্তু উখিদ্রে
যাত্রা ঈরৈমংবে
শ্রীযুক্তি তবুঙো
''মাংলেদনা' লাউনবগে

মাফম অসি হাযত্না
থরাই শোক্লা শোন্দুনা
শ্রীযুৎ মীযাম পুম্নমক
হা হাকার লাউনবকলে।

"হাই-হাই করগনো
করম্বা নোংদম বিধিনো
ইহাক থকী দমক্তা
যাত্রা নঙবু মাঙলদ্রা ?

শ্রীগোবিন্দ ইবুংঙো
পোহরৈ লমদম মবুংঙো

লাইদক থীবা কীর্ত্তিগী
কৈশং ঈবোন্নবত্রা ?"
উরাং মানা যৌত্রিডৈঙ
পামেল্ল উবো'না শোক্ত্রিডুঙ
ঈরেল ঈরান্নখিবা
থৌনা লৌশি' য'ত্রানে।

মৈতৈ পাল্লী অকনবা
পাম্না লি'ক্লেন চাউববা
উবাং ঈচেয়গ্রবদা
ঈরৈথক্লা ভা-ওনবনে।

"শ্রীগোবিন্দনা জোয় ওইরে"
মীযাম্না রা-রা লাউনারে
পাল্লী যাত্রা অকনবা
তুরেল কৈরায় ইল্লাযনবে।

লীতান থৌবী খাভদাপুন
ইচাউরিবা তুরেলবু
তোর্ব্বান অনী শন্নহনবা
পাল্লী মৈতৈনা জোয় ওইবে।

"জোয় ওইবে, জোয ওইরে
মৈতৈ পোইরৈনা জোয় ওইরে,
কৈশং যাত্রা অকনবা
মৈতৈ কীর্ত্তিনা জোয় ওইরে।"

মৈতৈ পারী অকনবা
শৈশং যাত্রা থৌনাকবা
য়াম্বা নওগী থৌনাবু
কাউদ-লারোম্বা য়েকচরে

লেপ্ত' মতমগী ঈচেলান
থায় তুবেলস্ন তিনগনি
তু নওগী নাঃদা
শৈশং নাচোম থেৎলগেকো।

পোইরৈ লমদম থৌরীনা
ঈগী শিংলী মরীনা
লেঙদ-থোংজাউ শারিবদা
কোলোয় মিংদো থোল্লগেকো।

"জোয় ওইরে, জোয় ওইবে
শ্রীগোবিন্দনা জোয় ওইবে
শৈশং যাত্রা পাবাগী
মৈতৈ চন্দ্রনা জোয় ওইবে।"

লাউরক্না জোয় ধ্বনী
শোল্লক্না শ্রীগোবিন্দ
মাল্লুথ্রান লমদম মাঙওইনা
জিলা দরবার থুংখরে।

শৈশং নওগী থৌনাবু
পারী নওগী থৌদাংবু

মৈতৈ তুবেল শিংলীদা
চেম্লসম্বু কংদনা।
পোইবৈ লমদম মৈতৈগী
পাবী মযোম চাউদশিং
থায় তুরেল তোর্ব্বান্দা
শোল্লুসি কোলোয ভত্তনা।

---

লমজেন য়াঙবা তাম্রসিং।

জিল্লা দরবার হুমিত্তা
যাত্রা পুংকম মমাঙদা
সনা পুক্লীং অপাম্বা
মনাইশিংদা ফোংদোখি।

মতম্মা থৃযৌনবদা
হুমিৎ খবতা ঙাইনবদা
তিল্লিবা মীয়াম অপূম্বা
তুমিন তুমিন লৈনখি :

"শ্রীগোবিন্দ নির্ম্মল
লৈগী পবেং নির্ম্মল
মনাই ঐনা ফংজবা
চন্দ্র মঙ্গোল ওইনিদা।

রাণী ইমা সুংশিবী
কুমুদিনী অপোকপী
পানা খৃদপ ফংলবা
কীর্ত্তি জোয়দি ওইনিদা।"

রাকম অসি তাবদা
ইনিংথৌ থম্মোই উবদা
লাইবক য়েংগে নীংথিবা
থৌনা লৈবা মহাকনে।

ফম্মিন্নবা কনা খঙহন্দ
লৈমিন্নবা মত্মপ তাকলমদ
সনা কোকুং মায়ওনবা
মাইবম চাদি তাম্রনে।

ফুমিৎ নীনিতা ঙাইববা
চন্দ্ৰীনা লমশাঙ ওইখিবা
লৈবেন্নরকপা ঙম্নবা
লমজেনখিবা মৈতৈনে।

লমজেন কাছাড মাইকৈনি
যোগদবনা সনা কোয়ুংনি
থাম্লবা লমশাঙ অসিবু
খঙ্গুবদা তুজুংবনে।

যাঙনা খোঙদোই চন্দ্ৰকপা
চেন্ন-লমজেন চেন্নকপা
অরা-অনা খিদনা
চেঙথিবা তাম্রনে।

কাছাড লমদম তুংওইনৈ
লাইমতোন মাঙ ওইনৈ
চেগু-লমজেন চেনখিবা
লমজেন যাঙবা মহাকনে।

অহিং চেন্নে লাইকিদে
ফুংখিল চেন্নে মীকিদে

অহিং স্নুংথিগ পোথাদা
খোঙজেল্লকপা মাইব্যানে ।

তাত্র লমজেন য়াঙলবা
পাল্লী মৈতৈ অকনবা
লমলেন লম্মাংদোং য়োবদা
পাংকী শগোল উরকনে ।

পাংকী লাঙ্গোই অমা ফা
মশোঙ খূজা খূংনা পায
য়াঙনা খূক্নপ থারকপা
সনা কেওুং থুংখবে ।

সনথোং শম্ভি যেংলমদা
তুবং বাণী শঙ্গাযদা
খূকমত্থনা অপোকপী
খুযা থাদা তুজখি

"ইনিংথৌবু পোকচবী
পলেম শীজ স্নুংশিবী
শ্রীমূং যাথ' কোক্ত হাপ
ননাইগী পাউবু তাবিয়ু ।"

"থিনথবিবা তৌবিরমু
পনথবিগে খনবিবমু
অয়োন-অরান অপূম্বা
ননাই তাত্রবু ঙাকপীয়ু ।"

"হয়েং ইজুং ঙানবদা
জিলা দরবার পুংকমদা
শ্রীগোবিন্দ নির্ম্মল, পান-খুদপ ইমাগী
শ্রীযুৎ ঙাইতুনা শৈদোরি।"

"ঈনিংথৌগী মঙ্গোলগী
জোয ওই জিলা দরবারগী
নচাগী নীংবা থুংচনবি-ও
ইনিংথৌ পোকপী পনেম-ও।"

"চাবা থকপা থনজদে
শিবা নাবা কিজদে
শ্রীযুৎকী মঙ্গোলদো
ননাইনা কিগাও শাজরি।

মনাই মতৌ উবদা
মচাই পাউব তাবদা
মিৎমা লম্বাল ঈনোৎনা
থৌবাং পূম্বা লাঙজখি।

পোংলম পোংয়োম ঙক্ত বান
মমা শীজ থুক্রমজ
খীনবা অমুক তৌদনা
লাঙ্গোই শগোল তোংখৎখি।

খাঙন-লাঙ্গোই থোহুনা
লমহেন লম্মাংদোং থুংবনা

পাংকম লাঙ্গে ই বিদায়নম
চীংনুং খোঙজেন লৌরকলে।

পোথা ম্রিকুপ লোদনা
যাত্তোন লিক্লা তংদনা
চীংনুং-চীংশাঙ মায়যোক্লা
তাম্র কাছাড থুঙলরে।

শ্রীবুং মীয়াম পূম্নমক্লা
লেঙন-শাক্তোন লোইহনা
যাত্রা পূ কম ভাইরিবৈ
তাম্র শাত্রাং তুজখি।

শ্রীগোবিন্দ নির্ম্মল
মমা শীজ পান-থূদপ
মপু সনা চারোন্দা
তাম্র তম্না কচ্চখি।

তাম্র উতুপ তাগুমলে
শিরি-হকচাং পান্দমলে
সনা মাঙদা তাম্রসিং
রাবদা পন্দোম লোমগ্রবোই।

শ্রীবুক্তি ইবুংঙো
মৈতৈ নিংথৌ কীর্তি-ও
মনাই থোদো উবদা
পেনবদা পন্দোম লোমগ্রবোই।

তিগ্রিবা মীযাম পুন্নমক
মৈতৈ অথোবা ঙন্নমক
তাম্র থৌনা উবদা
জোয়গী ধ্বনী লাউনরকপে।

শ্রীগোবিন্দ নির্ম্মল
ইনিংথৌ ঙক্নদি থোম
মমা শীঙ' পান-খুদ
শ্রীযুৎ চীনবান তঙাংপে।

"জোয ওইবে, জোয় ওইবে
শ্রীগোবিন্দনা জোয় ওইরে
ঙসি জিলা দরবারসে
ইনিংথৌনা জোয ওইবে।"

পুংক্ষম যাত্রা ক্ষেনফমদা
জোয়গী ধ্বনী তৌরবদা
শ্রীযুৎ মীয়াম পুন্নমক
জিলা দরবার খোঙলেংখি।

মাইবম চাদি তাম্রসিং
থৌনা কবা তাম্রসিং
নঙগী থৌনা ভক্তিদো
মীয়াম প্রজা শোমখি।

কোলোয় মিংলেন মুংশিবা
নঙগী থৌনা তাঙলবা

মৈতৈ শিংলি তুরেল্লো
মতম পুম্বা চেনসন্থু ।
তু'গী মীরোল লুংশিবা
পান্নী মমোম পাঙনবা
কোলোয মাগী তান্রশিং
সনাই কালীনা হেনগন্থু ।

---

# মহাবাণী লিম্বোইঙম্বী

থৌনা ফবা লানবাম্বা অকল-অথৌ চীংশাংগী
নিংথৌখোম্বা মহারাজ ক্য'ম খম্মাং লান লেঙখিবৈ
সনা কোম্নু'দা লান্দাখি থুদোং চাবা উবদগী
ভাঙ্গা অসিমক্তদা অকল-অথৌ লৈত্রিবৈ।

থাঙদা তাদ চেম্লবী অকল-অথৌ মরক্তা
লিম্বোইঙম্বী মহাবাণী লানগী ফিজোমখা'ব,
লেমতৌবা খবা লোয়ননা লান্দাববিবা মরক্তা
লান্থে নগে হায়ত্রনা দুর্গা শক্তম লৌখবে।

চীংমী-লাম্মী অাহনবা মপৈ ময়াম উববদা
লিম্বোইঙম্বী মহাবাণী পাইদক লৌশিং চাওববী
লাম্বে' মাযযোক উত্তনা তরাম ওকপা মীকৌদা
হবাও মীনোক উচ্ছখি রাণী লৌশিং চাউরবী।

লাঙ্গোইদগী লেঙথরে মালেম লৈম খোঙনেংনা
চীংমী মাইকৈ তমহ্রনা কায়দ কায়দ চংজখি,
ঙ্গুংশি যাম্না খোম্বোক্তা তরাম খোম্বোক্রত্রনা
কল্ল-লাম্মী চীংমীবু তরাম-তরাম কৌজখি।

"ঙ্গুংশিজৈদা ইবুংখোয, লানবাংবিগে লাকপীবা
ইবুংশিংগী তৌবিমল করিনা লম্মন শিংগনি ?
অমুক্তা হাম্না পেনবিখো অচা-অথক লাঙজরিবা
অহাউ-হাউত্তা থিবিরোই লাঙজরিবা নচন্নি"।

কল্লম্বা খম্মোই পেংখরে অকনবদি লুচিংবা
রাণী খোঞ্জেল তাবদা মীকৌ-মীনোক ফজবী,
ইকাই লুকরক্তনা থৌনা ফরবা লান্দাবা
লান্দাবে রাখল উত্তনা, "লানবাং লাকপনি" থুম্নকখি।

পৃক্নীং ওনবা উবক্তনা মহারাণী লিস্তোইঙম্বী
চান-থক' থৌবাংগ্রে থীনবা অমুক তৌদনা,
মযাক-মহাউ হেল্লবা, বাণী লৌশিং চ উরবী
মনীং থুংনা পীজবে মীপূম খুদিং হেন্দোকনা:

শানৈ-যুনৈ পুকথন্না মাঙেম লৈপক্নখবে
লৌশিংগী থুনৌ চনখবে চীংদা তোংবা শ'মুশিং
যেক্ন খুৎলাই পুবকপা তেংবাঙ খুংলাই ওনখবে
মৈতৈগীদমক লেপখবে, লুচিং-খুৎপু অকনবশিং।

লৌশিং চাউবী মহারাণী থৌনা ফবী লিস্বোইঙম্বী
নঙগী লৌশিং পাঙন্না সনা কোক্লং কনখিবা
মৈতৈ সনা লৈবাক্তা শান্তি ঈচেল কলহনখিবী
লক্নি কোলোয় নহাক্কী সনাই কালীনা ইরিবা।

চীংগী তমগী লৈরাংবু লেংখিবা কল্ল-লংলানা
ঙসি ফাওবা হুক্নিবা পঙেম ইমাগী ভকশমদা
তংপা কৌবা লৈত্রসনু মন্তম কুইনা থুইদনা
অমুকসু নৌনা লেংখিসি তাঞ্জনা লৈরিবা লংলাদা।

রাণী লকুগী থেম্লবী মহারাণী শিন্থোইউম্বী
মণিপুর পাবী-নমোম্না লৈরাং খৃজোক কচ্চরি,
সনাই কাঙলৈনা ইবিবা নঙগী গুণ তাংলবী
ঙসিগী মীবোল ঐখোযনা কোকলোয থিংলেন শকচরি।

নুংগী লৈশিং মঙাল্লো নোংদির থম্মোইদা হাপ্নীয়ু
ভুসি ঐখোয়না তমঙ্গবি থাং-তাই থোনা নহাক্কা
ডাংখৎপা মণি মণিপুর নোংপোক চৌংদোন্দা ভানবিয়ু
উরসজু জগৎনা মণি মণিপুর নহাক্কী।



## মোয়োদনা হাৎপা।

লাকশুম ফাঙমদববা হিংচাবনি মোযোদনা
পাঙ্গল্লবা হিংচাবা 'ল্লাবা ওইখি খাগীনা,
মী চাবা হিংচাবা
চাগনবা পুকচাওবা
নঙগী চাকথাক হুনবদা খাগী লৈবাক তুম্নক্লে
নঙগীমক্তা হোৎনবদা লৈবাক নিংথৌ ল্লারক্লে,
নঙগী অকি' খোল্লাউদা
তারে লৈবাক 'ল্লাবদা।

'ল্লাবা তাকিবা মক্মপ্লু কল্ল' লৌশিং ফংবদা
তেখাউ নিংথৌ অশিংবা পীখি চিঠি খাগীদা;
য়েক্ল-লিনস্থ শিনবা
চৈশু মাস্থ তেক্কনবা
মৈতৈ পাঙ্গল মাঙহন্দুনা মথক থোংবা লৈতনবা
তেখাউ নিংথৌ মহাকনি, মতম পুম্বদা খল্লিবা;
তাঞ্জা অসি উত্থনা
থাখিবা পাউনি মহাক্লা।

ভুম্বমথৈ পেলহন্দুনা, মোয়োদনা থিচাবা
থাপী মানা হাযজখি, মৈতৈ লমদা চৎনবা ,
"অহাউ অথুম হেনগনি
মৈতৈ লমদি থোইবনি
ননীং থুংনা ফংগনি অবাৎপা কৌবা লৈতনা
নখা তম্না লৈকরে, অন্নাৎ-অপা লৈতনা ;
রারম অসি তারত্না
হবাউরুখি মোযোদনা ।

পন্থবা অমুক ত্তোদনা মোয়োদনা থুংলরে
থুংলবগী অরাবা থীন্দনা পাউ শনখরে ;
পণ্ডিত মন্ত্রা তিন্নরে
নিংথৌ নাপ্ল চীক্লরে,
থোক্লববা নোংদমখোল, মাযয়োক্লবা ভম্নবা
হিংচা মাবু হাৎনবা, পাঙ্গল শক্তি ফংনবা,
পুজা পোংলম লাংজা।
ঈরাৎ পুজা কচ্চখি ।

ঈরাৎ পুজা তৌনফম কংলা সনা কংলৈনি
পুজা লাইশোল কচ্চখিবা পাউত্তাক তীর্থ ঈরেলনি,
অথংবা পণ্ডিত মতানি
শেপুবা নিংথৌ পুক্লীংনি,
ঈরাৎ পুজা কল্লবা অশেংবা নিংথৌ শক্তিনি
মুংজেং পুথ্রি মপান্দা ফংজখিবা খুংলাইনি,
থাঙ থৌবোম্বা করুবা
থাংগুনহা তা খিন্নবা।
লাইগী থৌজাল ফংলবা মোংয়াম্বা পুকচেল শেপুবা
থৌনা ফবগী মথক্তা লাইগী খুংলাই ফংলবা,
মোয়োদনা মায়য়োক্লা
হিংচাববু লানশীংনা
অরোই লানফম থেংনপ্রে উত্রা মাঙদা কংলাগী
লানশীংলবা মোয়োদনা হিংচা খাগী লৈবাকী,
মোংয়াম্বগী মথক্তা
শিখি হিংচা লোংন-তা।

শিবা কৌবা নাইত্রবা হিংচাবনি থাগীগী
লৈবাক নিঙ্গা কিরবা মোয়োদনানি থাগীগী ;
থাগী মাগী পাঙ্গনবা
হিংচা পাঙ্গন চাউরবা,
য়াইবী প্রাণবু মাঙহনা মোংয়াম্বগী মথূন্তা
লুংজাও লৈরোম্নখিবা, ঙসি মৈতৈ লৈবাক্তা
মিংচৎ চাংদোন অরাংবা
লৈখি হৌজিক লেঙদবা।

থাগী বাবা কোক্লেদো তেথাউ কিবা হেল্লেদো
লাকঙম ফাঙমদরবা মোয়োদনাবু ঙম্বদা
করিগী মরূপ ওইদনি
করিগী লোইপোৎ হাদনি ?
মণিপুর নিংথৌ অকনবা লান্দা ধর্ম্মদা অথোইবা
নোংপোক চাংদোন ভানববু কনা ম.নো উদবা
মহাক্রুদ্দি উদ্রবা
তাণ্ডলবনি তাণ্ডলবা।

---

## হৈবোক চাংদা কন্যা

শকচগে ইশৈ তাবিয়ু
শোঞ্জগে মগুন খঙবিয়ু
পলেম পম্বৌ অনিগী
না ইত্তোম শাংপি লৈবাংনি;

ময়াং ইম্ফাললমদমদা
শক্ত গুনদা লমচৎতা
লমলেন লমদম অসিগী
সতী লৈরাং কন্যানি।

চম্বু মাগী লমচৎপু
হুজা মাগী থৌনাবু
ঙসি শোঞ্জরিবনা
থরাই য়াওনা শোঞ্জগে,

পলেম পম্বৌগী অনিংবা
নুজাই পুন্সি ওইখিবা
পামজরুবা খম্বোইনা
পুক্লিং পেন্না শকচগে।

ফত্তবা মাপী শরৌদা
মপুবোইবা শিবদা
ওসিস্নু অমূক কাদৌরি
হৈবোক চীংগী চীংন্থুংদা ,

ফিবম অসি ওইনবা
তাঞ্জা অসি ফংনবা
পাপচেন মযাম থুকবি
শেল মাগী লাংহুদা ।

থারনবা শৌল্লিবা
কুমুদ কৌবা মত্তবা
কন্যা মাবু ফানবা
ভরেং শেঞ্জা চাইথোকপে ,

শেঞ্জা মাইবা ফত্তবা
ধর্ম্ম হায়বা য়াওদবা
শিন্ন' মীবু হিংনবা
হিদাক হৌরি হায়জিল্লে ।

য়েংবিসি ঙসি কুমৈত্থ
তাবিসি ঙসি থোদোক্তু,
  হৈবোক চৌংগী চৌংস্নুংদা
    কৈন্যা হিদাক হেক্তৌরি,

থাঙেনফমদা য়োরবা
কাগী হূদা লৈত্রবা
  হিংলকখিনি হায়বদা
    নাইতোম কন্যা চত্তৌরি।

"হেক্কদ' হিদাক অহুদি
থিক্লগদ' মীওইদি
  কন্যা নহাক নত্তনা
    অতৈ কনা চৎফদে;"

"মতমদস্থ নোংয়াইনি
ভাঙ্গাত্থস্থ অহিংনি"
  হায়রকই মাইবা শেঙ্গানা
    "লোইন কনা যাওফদে"।

হুগী মৈনা কেল্লবা
থাঙেনফমদা য়োরবা
  মপুরোইবৈ মঙ্গোলগী
    কিবা লৈত য়াজথি।

অহল-লম্মন অপুম্বা
কন্যা মত্তৌ উরবা
মনিং থুংনবা মমোমগী
কপচ-রাহৈ তাবিখি ।

খেত্তলবা নোংম্নাই চবুকনি
শুক্র মম্নবা অহিংনি
হৈবোক চীংগী চীংম্নুংদা
কন্যা নাইত্তোম চঙ্কবি ,

কন্যা মাবু ফানবা
ফত্ত-খৃত্তা চন্নবা
হৈবোক চীংগী চীংখোঙদা
পাপী ময়াম থোরাংলি ।

শেল নঙগী নগুনসে
লন নহাক্কী নত্তীকসে
অঙকপনি অঙকপা
ওম্বোরুম্বু চাউখ্রেদা ।

অফ-ফত্ত খলহন্দে
পাপ-পূন্য উহন্দে
অহুবু নঙনা শুমদবা
লৈরিগত্রা , শুকইদা ।

অফ-রাখল চেন্দবা
ধর্ম্ম কৌবা চঙদবা
মক্তম লমদূম অতুদা
শেল নঙস্তু যাওবরা ?

ফত্তবা কৌবা থন্দবা
ইচম চম্না শৈজবা
অতুগুম্বা মীদস্তু
নঙনা হেক-হেক ওৎপরা ?

শেল নঙগী নগুননি
লন নঙগী নতীকনি
পদ্মসিংবু হাৎনবা
কবোকশৈগী থৌনানি ।

অহিং তাংলো অথেংবদা
নাইতোম কন্যা হৈবোকচীংদা
থোবক্নবা শীল্লিবা
মাইবগী চানস্তু নঙননি ।

য়ৌরে কন্যা হৈবোকচীং
কাবে কন্যা লাংথাকচীং,
ফত্তু-খুৎলীং থোয়কপা
কন্যা মানা উজখি ;

শাজং তম্পী কন্যানি
পাইবক জোশিং চাউবীনি
কক্ত খুংলীং উরকপা
মবুং-মোপ্পাগুম কৌজখি

"ইবুং মানবা ভাদখোম
নৈকাই পাখঙ ইবুংখোয
নচন্না হিদাক থিবদা
তেংবাংবিয়ু ওাযজরি ;

ইপুরোইবা লাইববা
পদুসিংদ লান্দবা
থাগুনকন্দা শোর তোন্দ
চিগং হিদাক ভাহগৌরি।"

"নচনবু তেবা বিনবা
ইবুংশিংনা ভাউবিরম্বা
তোল্লবী নচল ঐহাক্কা
করিনা লম্মল শিংগনি ?

কুমুদ ইনাক খুল্লবা
তাদ য়াইতোং থমদোংবা
নশক নগুন য়েংহনা
নচনবু ভেংবাংবিগনি ',

"বা অমদি তাদথোয়
ভাবিয়ুমে ইবুংথোয়
মাইবা মাগী য়াথংনি
কন্যা নাইতোম হেক্তোবা

লৈবিরম্বা হুংভাইজৈ
ভাইবিরম্বা হরাওজৈ
ইবুংশিংনা পাংবি'নি
মাইবা যাথং ভাকচবা।"

"কন্যা চন্তু শকহেনবী ·"
কুমুদনা হায়রকই —
"নভং লাংগী দমক্তা
চীংহুংসিদা ভাইজরি ;

ভসি হুমিং অসিদা
পুংকম চাবা তাঞ্জাদা
মবেন্মা ওইনবৈ দমক্তা
নীংজবী নভবু ভাইজরি।"

"লাক-ও ইবেম্মা চৎলসি
হায়জার রাকম য়ার্বিসি
মুম্মাক শাগৈ মমাংদা
লেমজগে শকহৈনবী ;

ইবুংনা নঙবু নীংজরকপা
পাখঙনা নঙবু পামজরবা
থানিগে শৈবাং করিদা
শীডেল্লক্তে অথোইবি ।"

রাহৈ অসি হায়তুনা
শোয়ত্রে ভসিদি খন্দুনা
কুমুদনা হরাওজবা
কবিগা পাদম্ সগে ?

মরুগী শক্তি হায়সিরা
মৃৎলমদাই থাংমৈদা থাসিরা
হরাও মিহুল খোংয়াঙবা
থুরাপ থারি হায়রগে ।"

"ইবুং মানবা শকহেনবা
খুনগী যাইভোং খমলোংবা
রাখল ভহানবিন্নু
নচনগী য়ারা ভাবিখো ,

তাদনা খণ্ডবিরবনি
দশা তারিবী নচন্নি
দশা অসি কোকসন্নু
নচনগী লাইনীং য়াওবিখো।"

"হিদাক হৌফম চক্কগে
হিংগৎ হিদাক হেকচরুগে
পন্নবা অমুক ভৌবিরন্নু
নাইভোম নচন চক্করুগে ;

মতম তাঞ্জা হৌরনি
রাংলেন পূ'লুপ লেনরনি
পুজ-য়াৎং শোয়হনবিন্নু
হিংগৎ হিদাক হেকচরুগে।"

কন্যা মপাউ তাবদা
কুমুদ মাপী নাপ্পদা
  বৈথা নোনবা হ্ইগুম্না
    পাখঙ মতৌ উৎলকই ,

খুত্তা চনবৈ অশাদা
শোবজবনি খনবনা
  থোংনা নৌবা রা'বৈনা
    পাংঙ পূক্লী' ফো'দোকই।

"ফনেক খোংদোম শেংলিবৈ
কুম্ন' নাদ চিল্লিবৈ
  লেশচখিবা কুমুদ'ন
    পুন্স শাঙলোয় ওইনবা ;

লৈরাং পোম্লাংনরবদা
হৈবাং হৈজিং ফাবদা
  পন্তৌ যাথ' নিজবনে
    থরাই থক্তা হৈহাপনবা।"

"উনা উদবা পম্বোনা
খঙনা-খঙদবা পলেম্না
পম্নসিংদা থাজবা
কুমুদ ঐনা খোইশাওই ;

শক্ত য়েংই রাত্তবা
লম্দ য়েংই হেল্লবা
কুমুদ ঐবু করিগী
খনুবদা চাকখেকই ।"

"ময়াং ইম্ফাল মাইকৈদা
পোইবৈ লমদম অসিদা
কুমুদ ঐগা মান্নবা
করি নৈকাইদা লৈবগে ?

মীগী লখা ওইসনু
লুপ্রা লিশিংসু হায়সনু
কুমুদনা নীংগ্রবা
খোয়নীংঙাই করি লৈবগে ?

লাঙ্গোয় চল্লবা শজিগুম
তথক্লরবী য়ারোৌগুম
কন্যা মিপাই চাউরকই
য়েরু ময়াম উবদা ,

শাউকছনা কাম্নরোই
ফিংগত্নু না তোংজরোই
কন্যা মানা থল্লকই
মতম তাপ্পা অছুদা ।

"তাদ নঙবু হায়বিমু
কন্যা লুপ্পা পনবিমু
ইপুরোইবদো হৌজিকমক
অনা লাইকম্নরিদো ,

হিংগৎ হিদাক ফংনবা
ইপুরোইবগী হিংনবা
মাইবগী যাথং অতুমক
ইকোক থক্কা হাপলিদো ।"

"তারো কন্যা ভসিদি
হায়'গে অশেং'রাকমদি
নভগী পদ্মসিং হাযবদো
অমুক হিংবা তৌবলোই ;

মাবু অমুক খল্লমু
কুমুদ ঐবু থাবনু
অমুক মানা হিংবদে
মপোক সিগী ওইব'রাই।'

"পদ্মসিংনা শিবগা
কন্যানা লুপ্রা ওইবগা
ঐগী তালোয ওইনবা
কুমুদনা শীনবনি,

হিংদ-হুগী মগুনদা
চুদৎনবা শিরবদা
ঐগী নিংবা থুংজবা
নভগীসু লাইখক ফবনি।"

"পল্লেম-পম্বৌ পূকফত্ত
কুমুদ ঐবু উশিত্ত
কন্যা নঙবু পীদবা
কৈদৌঙুংদা কাউথমলোই ;

লাইরু-চুদৎনবদো
করি তোল্ল মচাদো
ঐঙোন্দৈ করি হে'ল্লবা
কুমুদনা কাউথমলোই।"

"পদ্ম মানা শিরগা
নঙন লুখ্রা ওইরগা
নঙবু ঐগী ওইনবা
শীল্লুরিবা ঐননি।

কান্নররোই ইবেম্মা
নীংঙুরহু মবেম্মা
ভাঙা অসি থোক্লিবা
নঙগী লাইবক কবনি।"

"চুমই, চন্দ্ৰংনবদো
যাই, পিদোল্লবদো
অতবু কন্যাগীদি মণিনি
পলেম পম্বৌনা উনবিবা ;

পলেম্না থরাইনি
পম্বৌনা হকচাংনি
মাগীনি থরাই-হকচাংনা
পলেম-পম্বৌনা পীগ্রবা।"

"নিংভোল ওইবি মপোক্তনি
পলেম-পম্বৌগী ইচ্ছানি
ইরম্নাই রাখল লৈজদে
পলেম-পম্বৌগা ওন্নবা ;

পলেম-পম্বৌগী মমোমনি
নাহভোম পোকপী কন্যানি
নচন কন্যাগী লৈজদে
মীংতম্বা মুংশিবা।"

"পম্বৌ ইপানা পামজবা
পশেম ইমানা য়াজবা
অহুগুম্বা পোৎশক্তো
মমোম ওইবী ঐগীগুনি;

নীংতম্বা অপাম্বা
পলেম-পম্বৌগী রানবা
কন্যা ঐগী লাইবক্তা
তমজমদ্রবা নোংদমনি।"

"নচন লাইবক থীবীদি
পলেম-পম্বৌগী কন্যাদি
পদ্ম মানা লাইনীংনি
পলেম-পম্বৌনা পামজবা,

হুজা ঐগী থরাইদি
কন্যা ঐগী মপোক্তি
মপোক থুদিং লাইনীংনি
পলেম-পম্বৌ' পেন্নবা।"

"পলেমবুস্থ ৱারোম্
পম্বোবুস্থ শাউবিম্
লাইর' পলেম-পম্বোনা
ইনাক কৈরাক পামদবা য়াই ;

পলেম পম্বোদি লাইরৈদো
তাদদি ইনাক খুল্লিদো
শক্তা গুণদা হেনবনা
ইতিক ওইদে থনবা য়াই।"

"অত্নবুনে ইবেম্মা
পদ্মনা শিববদা
নাইতোম লেনগদ' পুন্সিহ্
কুমুদনা পামজদে,

অয়েংবদা নামত্তা
ৱানা পুন্সি লেনবদা
পাখঙ মিংনা উবহ্
কুমুদ ঐনা য়েংনিংঙে।"

"ভাবিদ্রেনে কন্যাবু
খঙবিদ্রেনে নচনবু
ইবুংমকনি থন্দুনা
নচন্না হাযজরিবনি

হন্দক মপোক অসিন্নু
হযেং মপোক খূদিংন্নু
লেপখিবা পলেম-পম্বৌনা
কন্যাগী থরাইন্নু লেপখিনি"

"পলেম-পম্বৌনা য়াদবা
মকম লমদম অহুগুম্বা
কন্যা পুক্রীং হুকচবোই
অসিনি কন্যাগী অরেপ্পা।

পদ্মসিংগী থরাইদু
ইপুরোইবগী থম্মোইদু
মপোকসিংগী থাজরোই
অসিভনি নীংজবিবা।"

অদুনা কন্যাই হকচাংদি
সুজা ঐগী থম্মোইদি
কংগনি হ য়না থনবিবা
মপোকসিমসু নীংবিন্থ ,

"হয়েং মুক্তী মপোকসু
মপোক লাংওন থুদিংসু
কংগে হায়না নীংবিবা
লাইনীং পরৈ হুকপিনু ।"

"রাহৈ অনী মবিদা
রাঙাং কারম্নবদা
মতম তাঞ্জা মাংনবা
নাইতোম কন্যা থি'বিনু ,

লাইর মাগী দমক্তা
হিংননবা খুদক্তা
হিদাক হেক্কে লাকচবা
কন্যাবু পনহনবিরনু ।"

মাইবা য়াথং ভাকচগে
ইপুরোইবা ফংজগে
নৈত-লাইর য়াবীদা
চীঙ্গোই মপাউ মেন্নগে ;

লাইর' মাগী খাংপোকলং
কন্যা ঐগীদি শন্নাযশং
মীনোক ইবাও সেবাদা
শান্তি ঈপোম লাংজগে।"

কন্যা মাগী মচীন্দা
অবেপ্পা যান্না তাবদা
কুমুদ কৌবা মীথাংপা
শাউবদা পন্দোম লোন্নক্লে ;

হায়জরিবা নাউথেন্না
হীকথজবা নৌজনা
খঙলত্তুনা ওইরে অয়েম্বা
অশাউ মৈরী কাবক্লে।

মথা ক্রক-ক্রক চীক্লুনা
পান্থোম গ্রী-গ্রী তিংহ্নুনা
কন্যা য়েংহ্নুনা হায়রকপা
বজ্রগুম য়াকপা খোজেলনি ;

"মাইবা মাস্থ ঐগীনি
থিদোরি' হিদাকসু হায়জিনবনি
কন্যা নঙবু ফানবা
ঐনা শরো শীনবনি।"

"নপুরোইবসু হিংলরোই
হিদাক্লুসু কায়বোই
নঙবু 'সিদা ফানবগী
মাইবা মচীন লৈবনি ;

ঐনা প্রেম্না হায়জবা
কন্যা নঙনা য়াত্রবা
সিকঅা ! নোংশাই থায়াত্তগী
করম্বা শজিনা চেনগনি ?"

"ঙাও, পুল্লু হুপীসে
ফু, চৈয়ু মীওৎপীসে"
    লাওরকপা হেক তাবদা
        কন্যা ছুরী শত্তোকই ,

"লাও, কনা থৌনাফবা
কন্যা ঐবু শোক্লদবা
    অরৈ নথরাই মাঙনিংত্রবদি—"
        নোংশা অমোমগুম ঙংলকই ।

নোংথাং লৈম অতিয়াগী
ছুরী মত্তোম্দা ঊবদগী
    শাঙ্গল চাউবা পাখঙলিং
        থবাই নীরু কিখরে ,

হৈবোক লাইরেম্মা উবিবোই
সতীগী গুণবু ঙাক্লিবোই
    পাপী লমহুই পুম্নমক
        মথরাই পুহ্না চেনখরে ।

মপুরোইবগী কীড্রবী
লাইরেম্বীনস্থ ঙাক্লিবী
    কন্যা কৌবী সতীনা
        তাক্লক হিদাক হেকচবে ,

খাংচেৎনবী থোঙথাংদা
অকি ল্লাখল য়াওরুদা
ছায়রক হিদাক হেক্তুনা
কন্যা ময়ুম পাংখরে।

মীনম হিদাক ওইবিবা
অরেম্বদা স্তারবা
মুংদা ঈশিং চাইবনি
পদ্ম থল্লাই লাকখিদ্রে,

শেলগী লাংদা থুকবা
শেঙ্গা মাইবা মীনম্বা
তাঙ্গাদা যেংতনা লৈবনি
মশক উবা ফংখিদ্রে।

য়েংবিয়ু কন্যাগী দশা
লৌবিয়ু সতীগী ইচ্ছা
থৌনা লৈবী চম্বুশা
মুঙ্গাগী থম্মোই লৈহৌসি,

ঙসি ঐখোয় মুঙ্গানি
পলেম পম্মৌগী মমোমনি
মুঙ্গা ওইবী মপোক্লা
সতী পূজা কৎলুসি।

মৈতৈ চনু লাইবক চাউবী
সতী লক্ষ্মা হেল্লবী
মপুরোইবা খোঙদ কোন
মাইথোঙ থাজ ঈহৌরে ;

'মীবমলেম্না লোয়নবী
লাইবমলেন্দসু পামজবী
মপুরোইবা চেংনা কোন
তুংইনজবা লেপখরে।

সতীগী রূরেপ লেঙদ্রবা
মপুরোইবা থাদ্রবা
চনু লাইবক চাউরবী
লৈবাক নিংথৌ য়োঁখরে ,

হুমিং শিংবুম তবেংনি
নিংথৌনা মগুণ তকপানি
উবদা সতী' লেঙদবী
নিংথৌ গতি লৈখিদ্রে।

পদ্ম লমচৎ ফজবা
সতী মাগী মপুরোইবা
সতী বিদায়রমদনা
অরোই মৈরী রায়থরে ;

মৈবী থক্কী পামজবী
থাজ পিরাং লোযনবী;
শকহেনবী সতী কন্যা
অরোইবী থৌরাং লৌথরে !

অহল-লম্মন থুরুমজ
মচেম-মনেম নোল্লুকচ
পলেম-পম্বো খোঙদকোন
কপচ বিদায় লৌথরে ;

থাজ মায়খোঙ পিরোইন
মৈগী শয্যা তরেৎ-ন
চাক্রিবা মৈরী মথক্তা
লৈগী শয্যাগুম হিপথরে ।

# খকলুসি মিংলেন কন্যাগী

মৈতৈ চনু লাইবক চাউবী
কোলোয মিংদি কন্যা-ও
সতী লক্তা হেল্লবী
নাইতোম শাংপি মমোম-ও
নঙগী তাঙলবা লমচংনি
লারোল খক্তা কাউদবা
মুত্তবা সনাগী কালীনি
মযেক লানা ইরিবা।
মপুবোইবা খোঙদা কোন
পীরাং ঈহৌখিবনি
তাজখিবা কপচখোন
অউবা থম্মোই কাযগনি,
শেংলবা পুন্সি নহাক্কী
লৈবাক নিংথৌগী মরূপনি
স্বামী ভক্তি নহাক্কী
লুর ফিদম্লকমমি।
তরেৎনিগী পরীক্ষানি
সতী নঙনা ভুমখিবা
নীংজখিবা ইচ্ছানি
অরোই মৈরী রায়জব,

সতি মাগী আত্মানি
পাম্মু হৈনা ইনখিবা
লৈরাং অপকভা ওইবনি
লাইরমলেন্দা তিনখিবা
মপুবোইবগী দমক্তা
অহিং মীচিক কিদবী
ওইদ হিদাক্কী দমক্তা
নাইতোন চীংদা কক্কবা,
সতী নভগী নগুণনি
য়েরু লাংবু তংখিবা
হূক্তা কিদয়্রকমনি
নভগী লমচৎ অতাভবা :
অনীমক্কী মোংকমদা
পুন্সি খোংনাং থাখিবা
লত্তবা মতমগী ঈচেন্দা
অহোইননা তাওরিবা,
কোলোয মিংলেন অনীনি
"সতী খোনাং" থোনখিবা
সতী নভগী নগুণনি
হৌহিক কাওবা ভাল্লিবা।
পলেম 'মাগী লৈকোন্দগী
লৈরাং থুক্রোক হেক্তুনা

হৌরকপা খম্মোইনুংদগী
মির-মুংশি খোজেন্না,
সতী কোলোয় শকুসি
ফুংগী মৈতে চনুশা
সতী তর্পণ কৎলুশি
থৌনা ফবা মুজাশা।
পলেম-পন্থোগী কোরদা
মু'শি ননিং তমজবা
পলেম-পন্থোগী লম্বীদা
কন্যা হরাও চচ্চবা
সতী কন্যা তাঙলবী
মৈতে চনু' খোইবীনি
মৈতে মুজা হেল্লবি
তাইবং লেমজনফমনি।
পলেম-পন্থোগী পামজবা
মমোম মাগী মবলনি
অপোকপা 'নীবু নীংজবা
কন্যাদগী তমগনি,
সতী মাগী মগুণদি
মতমগী ইপোমদা তাউথিনি
সতি মাগী প্রেমদি
বিশ্ব শান্তি ওইগনি।

লাক্লো শৈতৈ অপুন্বা
সবী মিংলেন শোল্লুসি
তুপী থোনা অশেংবা
সত্তীদগী তমহৌসি
লত্তুবা মতমগী ঈচেন্দা
অহোংননা তাউসন্নু
রাংল-চীংদোন লান্দুনা
জগৎ শিনবা থু'সন্নু
পোইরৈ শৈতৈ লমদমগী
মক্তুবা গুণ শেংলবা
ময়াং ইম্ফাল লমদমগী
সতী রাবী অশেংবা,
তারসন্নু জগত্তা
কন্যা কোলোয় তুংশিবা
তিল্লসন্নু মালংদা
"সতী খোংনাং" শিদবা।

## কাইনা চীংগোন্দা

ব্রজ নন্দন মপারী
রাধিকাগী প্রেমভিক্ষারী
শ্যাম কাহ্নাই শকহেনবা
ব্রজগী থরাই ওইরিবা
ঙসি মৈতৈ লৈবাক্তা
কাইনা চীংগী চীংগোন্দা
অবতারবু তৌবিরে
মঙাল মশেক উংপিরে।

লাইবক ফবী কাইনা চীং
চাউদ-রাংদ চীংলেম চীং
ঙসি মৈতৈ তীর্থনি
মতম কুইনগী দমকনি,
শ্রীগোবিন্দ পোকচরী
পলেম ধর্ম্ম চেল্লবী
ইমা নঙবু ফংজবনা
চাউথোকচৈ নচা ঐথোয়না

ইমা নঙদি দৈবকীনি
পলেম নঙদি যশোদানি
কংশগী জেলদা পোকখিবা
গোকুল লমদা চাউখিবা
পোমখিবা পলেম গর্ভদা
শাৎখিবা সনা কোম্নুংদা
হে পলেম ও মুংশিবী
ঙসি ননাইনা চংজবি।

শ্রীগোবিন্দ পোকচবী
পলেম ইমা মুংশিবী
থা-ওম থাজৎ নাইদনা
কুমজা কুমশিং ঙাইদনা
পলেম সেবা কংজগে
পেন্দ ভক্তি কচ্চগে
থরাই হকচাং থাক্তনা
মপোক থুদিং মুংশিনা।

বাসুদেব পন্থৌনি
ভগ্যচন্দ্র ইনিংথৌনি
গোকুল লমদা থৈখিবা
সনা কোন্নু দা পৃথবা
সনা কোন্নু' লৈবাক্কীনি
কাইনা নংদি ঐগীনি
চৌরুবা ইশাগী তম্পাক্তা
খর্গ ওইরে ঐভোন্দা।

অহিংদনা তাম্লানা
নুংথিন্দনা চেক্লানা
পলেম কোলোয শোঞ্জরি
ইমাই গুণবু শকচবি
মলয়া নুংশিৎ নামিবা
লিরি শিংপা লত্তবা
লিবি খোঙদোই হুঞ্জরি
পলেম থৌগল তৌজবি।

তম্পাক মাপী লৈকোল্লে
অত্যা লৈকোল লৈরাংলৈ
অনিমকী ফজবা
লাম্বা লৈতনা নীংথিবা
হে যাত্রিক লেংলবা
তীর্থ কোয়না চৎলিবা
কাইনা তীর্থ য়েংলরাও
অহেনবা চাংদম পীরবাও !

সন্ধ্যাতিগী মতমদা
কুমিদাং পুলুপ চংবদা
হারো শৈখক তারও
কৌজেং তাম্বা ত্তয়বাও
থক্ত থোকপা থারৈমা
নোংদোন থাজ পূর্ণিমা
থাজং খুদিং থোগল্লি
পলেম পুক্রীং ঈংহল্লি।

ৈহনম লৈনম ফুংশিলৈ
পলেম-তম্পাক থৌগল্লে
মালং মানা শেল্লগা
য়েন্দায় চোল্ল হাপ্লগা।
পলেম থূয়াদা কচ্চবি
ইমাই থৌগল ভৌজল্লি
অতং-অথম লৈজনা
মতম পুম্বা লেপ্তনা।

বৈষ্ণবকৌদি তীর্থনি
ভক্তগীসু অমনি,
মফম অসিগুম্লবা
শ্রীগোবিন্দ পোকথ্রবা
কাইনা চীংগোল লমদমনি
শান্তি তীর্থ মফমনি
তীর্থ অসি য়ৌত্লনা
পেল্লবাও পূক্নীং অহোইনা।

# ঐগী পাৎতা

ঐগী লমদি পাৎতনি
যুমদি ঐগী চীংদনি
হে যাত্রিক লমকোয়বা
মকম অসি য়েংলবাও।
ঐগী হিদি পীক্লবা
নওগী দমক্তা শেন্নবা
নওবু কোযনা পুজগে
ঐগী হিদা তোংলনাও।

লুরবা লাইজ ঈপাকনি
ঐগী পাৎতি পাৎচাওনি
হুংভাই ঈথক থৌরিবা
হরাও মথোই কাররবাও।
কম্লতনা হিকবাক্তা
লেমদৈ ঙাগী দমক্তা
হিয়ৈ খোম্থাং য়ৈরিবা
হুংশি খোম্থাং তাররাও!

পাংকী লৈরাং থম্বালনৈ
লাইজ লৈরাং থাবকনৈ
নঙবু ডাইত্না লৈ নীবা
পুক্নীং পেন্না য়েংলরাও !
থাঙ্গ চীংদা হিগাংগে
থাঙ্গ লৈকাই কোৎহনগে
চন্ন পুন্সি লমদমগী
ইদি পেন্না য়েংলরাও !

কাবা চীংদা কাত্না
লৈকোল লৈকোল য়েংত্না
মহৌশাগী ফজবা
পুক্নীং পেন্না য়েংলরাও।
ঙসি ঐগী থাংপোকশং
হয়েং মাগী ফুরাশং
অনিমক্কী হুংঙাইবা
চাংদম হুংঙাই পীররাও।

হৈরাং-লৈরাং চাউত্রিবা
শীতেল পামেল পীক্লিবা
ফারগা মপুং হয়েংগী
ফজবত্থ উররাও।
পাংকি উচেক ফজবা
ভানু থঙ্গোং নীংথিবা
শঙ্গু-শঙ্গু চাক্তারি
শঙ্গু লক্তা য়াওররাও!

লাইজ ঈশিংনা চোল্লবা
লেমলৈ ভানা থল্লবা
পাংপান লৈরাং চুমথাংলৈ
য়েংবিত্থনা পেল্লরাও।
থাঙ্গ চীংদা থাঙলুসি
কারাং চীংদা কারুসি
ঈথিং চীংদা থিল্লমগে
ঐগী হিদা তোংলরাও

পাংকী চেক্রা চাক্তারি
লাইজ্ঞ ঈথক ভনীকলি
নৌগী জগোই হাদবা
ম্নিংযেং কারন তাররাও !
ঙসি ঐগী লূকাইহি
হয়েং মাগী মৈগীহি
অনিমক্কী হুংঙাইবা
চাংদম থম্মোই পীররাও।

ঞাকশেং খাংশেংনরিবী
লুকাই নাইতোম হিগোনবী
ঈথক-ইপোম মথক্তা
শারিবা জগোহ য়েংলরাও।
ঈথক-ঈপোম অচৌবা
লূকাই হিদগী রাংলিবা
চন্থ মাগী নোহাইদা
তাউরিবা হি য়েংলরাও !

পাংকী লৈবাং থাবিকথা
ঈথক্তা ভাবা নোংদোনথা
হরাও মীনোক তিন্নবা
পুক্নীং পেন্না য়েংলরাও।
উপাল-রাপাল শংলবা
মুমলেং পরেং অচম্বা
লৈরাং পবেং মতাগুম
কোযনা য়েংপা য়েংলরাও।

ঐগী পাংথি লোক্তাক পাং
ইয়ুম লমদম থাংওপাং
চুমথাং লৈরাং লাইজগী
হে যাত্রিক য়েংলবাও।
লাইরশংগী ওসি পাং
হযেংগীদি দলাল পাং
হে যাত্রিক লমকোয়বা
করম্বনা পেন্দোবা হায়ররাও!

---

## মঙারক কানবী

কন্নিগীনো কিবিরিবা
লমদমসিবু উবদা
করিগীনো হঙ্গোইবিবা
কোলোয মিংলেন তাবদা ?
থৌনা ফবশিংগী তুংনফমনে
অকল-অথৌগী যাহিপক্কমনে।

য়েংশিনবিয়ু অমুক্তা
তলেংলবা থম্মোইনা
থম্বিয়ু অমুক্তা
তরুরবা পুক্নীংনা,
নীংথিবত্তু উগনি
অশেংবত্তু থগনি।

পারি-মযোন খিবিকশিং
পালেম-পম্বৌ মহাক্কী
হন্দ' লানফম থেংনবশিং
মোংফম ওইরিবা মশোয়গী,
কাউদ-লারোল চনফমনে
শান্তি ঈপোম লাংফমনে।

ঈংলিবনো কয়াদা
চৌক্রবা চীংগোল লমদমসে
নীংথিবনো কয়াদা
পুকক্ষবী মাগী তম্পাকসে,
চৌক্র-শান্তি পীবিরি
হরাও-হরাও ওকচরি।

অকল-অথৌ পোথাফম
কোলোয মিংলেন নহাক্কী
পোলোই শান্তি পীনফম
লমলেন লমদম নহাক্কী,
কাউদ-লারোন চনফমনে
মুত্রবা ময়েক্কী ইফমনে।

থম্মোই য়োৌবী পরীক্ষাদা
থম্মোই চাউবা উৎপ্রবা
মাইওন্দ লানফম থেংনবদা
পুস্লি খুৎলাই থাখিবা,
মথোযতগী য়াত্তাফমনে
শেংল-মোংফম লৈকোলনে।

মশাগী মবাল মশাগী
থম্মোই শেংন য়াজত্নুা
ফংজবা দগ্তি মশাগী
মীগী মথুং ওাইদনা,
'সিদগী হেনবা অথোইবা
কদায়দবু লৈরিবা ?

মশাই মরাল ফোংদোকচবা
অথোই' পারী-মমোমনি
থম্মোই শোকপা অচৌবা
মরালশিংত্থ যাজবনি,
মথোযতনি অকনবা
মফমসিদা ত্তিল্লিবা।

থৌনা ফবশিংগী ভূংনফম
নগুনা হেন্নি ঐঙোন্দা
কোশোয় মিংশেন শোম্নফম
অথোইবা ওইরে ঐঙোন্দা,
তাজমহলস্মু কন্নক্কে
পীরামিড্স্মু মিহোদে।

আত্মাশিংদু অথোইবা
শান্তি থোগুজীন চংখবে
হকচাং মাগী অথোইবা
লমদমসিদা য়াতারে,
নঙগী লমদম ঈংলবা
কয়াগী মতিক কজবা!

মত্তমগী ঈপোম মথক্তা
মিংচৎ লৈরাং তাউবগুম
তাইবং মোংফম মরক্তা
অথোইবা মোংফম ওইবগুম,
মিংলেন নঙবু কাউররোই
কোলোয় নঙগী মূৎলরোই।

মণ্ডারক কানবী শান্তি তম্পাক
কাউদ লারোন চনগনি
অকল-অথৌ পূজা তম্পাক
কন্নিগী হাযদকম লৈগনি ?
মণ্ডারক কানবী ঈ'জবী
লমলেন লমদম চীক্লবী।

রাহৈগী লৈরাং থূজোক্লা
লৈশী লৈথোঞ্জরমগে
শৈশকী মাচোম শেম্পাক্লা
বীর তর্পণ কৎলমগে,
লৌবিয়ূ ইমা থূৎথেংনা
পেনবিয়ূ পলেম নহাক্লা।

শকচগে কোলোয় নচাক্নী
কাউদ ঈপোমদা তিনসনু
লোঞ্জগে মিংলেন পলেমগী
ফুংশি নাপ্নদা ভাসনু,
"মণ্ডারক কানবী" লমফুংশি
লমলেন তীর্থ লমফুংশি।

# পোক্তবী

পোক্তবীবু কন্নিগী
থাব' মিন্নেংনা লেংবিন্নি
মহাক্তবু কবিগী
যীনা শোন্নফম ওইবিন্নি ?
খন্দবগী তোবনি
তাইবং ঐদি ন্নাবোদে
চৎনখিবৈ হায়বনি
মীওই ঐদি শাউরুদে ।

ধ্রুব মানা ফাওখিবা
পোক্তবী সুরুচাননি
সুরুচী মা লৈরমক্রবা
ধ্রুববু কনানা খঙগনি ?
ফুদোংলগা সনাবু
অশেংবনি থঙবগুম
পোক্তবীনা পোক্তববু
ওইহল্লি অন্না' মৈতালগুম ।

পম্মৌ রাশক শোকপদা
মপানীংবা উংখিবা
শ্রীরামনা বনবাসতা
চঙি তরামবি লেনখিবা,
শ্রীরামগী মগুণ হায়দি
পোক্নবী কৈকেয়ীননি
কৈকেয়ী মানা লৈবমন্ত্রবদি
কনানা মগুণ তাগনি।

লাইবক চাউবা কুঞ্জমালা
থোহরেম্বাকী লমযাইদা
নুংশি নাউবা কুঞ্জমালা
পাম্বা কৈনা শোকপদা
য়াইবী থরাহ মাঙহনা
অমং য়াহথোঙ কুমখিবা
মীপুম থুদিং থম্মোইনি
হৌজিক ফাওবা কপলিবা।

পোক্কবীগী শরৈনা
        'মালা মাবু হুংশিরি
মহাক্কণী চাক্রিনা
        নাউরা মাবু কাউদ'র
পোক্কবীদু নংলমত্রবদি
        কোংলোয় 'মালা হুংশিবা
মোইরাং লিলা লারোন্দাদ
        য়েক্রম্মরোই য়েক্রিবা।

পোক্কবীবু মীরাংশু
        নহাক্কনা পরীক্ষানি
মাবু থানা যেংবিহু
        অথোইবা গুণদি ফংকমনি,
মীনা ঐবু শোন্নবিনবা
        পোক্কবী ইমা ফংজগে
তাইবংনা শকথঙবিনবা
        পলেম চৈরাক খাঙজগে।

---

# চফূ শাবা

যোংবৈ নোংথাং শা মালেম লৈপূং শেমহনা
লাইজ্র থূজোক ঈরোয়না খোঙনেং যোংবৈ কাঙহনা
মমুং তানা থীংলগা
থূবাং তবা ওৎলগা
পূক্লীং পাঙ্গল থাহনা চফুই মিতম ওইখিবা
চফুই চৈরাক অহৌবা ফুবা নত্তে কায়নবা
চফুই মগুণ হাপ্পনি
চাংয়েং পরিখা পীবনি।।

লাইজ্র মাবু লৈনবা লাইজ্র মাবু যাওহন্দ
কোবৌ হনবদা কত্তুনা নোংদোন লিক্লা হাইহন্দ
মথোন মথোন ৱাংখৎলে
মৈগী চক্র ওমশিল্লে ;
লৈপাক্কী মচু অমুবা কোয়োগী থৌজান্না ভোগ্রবা
পূক্লীংগী মওং ফূশাবৈ মৈগী দান্দা মেমানবা
সনা কৈথেল কারকলে
নিংথৌ কোন্দা ওংলরে।

তাসুম্ন শেংদ্রিক্রিবা      পলেম-পম্বো অনিমক
ঐবু মিতম লাকপীবা      মে শুক নংঙাকমক
কম্বলা লম্মান শিংসগে
কবম্ব ঈবাত্তা পেনগগে
পংলিডৈগী মতমদা      সিদগী চৈবাক অহেনবা
থাবিবম্লবদি ঐঙোন্দ      সদৈম্ন অমুক অথৌইব।
অমুক্কা নচাগী থোনাসে
হেল্লমগনি হেন্না ইগুণসে।

ঐবু থৌনা হাপ্পীবা      পলেম-পম্বো সুংাশথোই
ঐবু মিতম্বিবকপা      শকউদবা মরুপলোই
করি পূজা কৎকনি
লৈশা করম লৈথোনগনি
ঐগী পূক্নীংদি পেচ্চরি      রারক চৈরাক হেনবিম্নু
থম্মোইদি ঐগী থোচ্চরি      থৌজান চৈক্ষু কনবিয়ু।
শম্পোকচগে য়াম্না অনীমক্কী
শোঙগে কোলোয় অনীমক্কী।

---

## ঐতগী নুংশিবা।

মালেম নৈমায় থকসিদা
মচু মখলনা লৈতেংলি,
নুমিৎকি ওন্নবা মায়য়োক্তা
নোংলীক মমি চুমথাংনি,
নোংদোন অঙ্ত্যা থক্তুসু
অশেংবা মচু মযামনি,
নুংশিবা হাযবা অসিসু
মচু মাগী মতৌনি।

থম্মোকনীংঙাই লৈত্রবা
মচু মাগী মগুণনি,
সিনা হেল্লি হাযরিবা
পামজবগী হায়বনি,
মীওইবগী নুংশিবা
মখল মখেল য়াম্বনি,
ঐগী থোইনা নুংশিবা
পলেম পম্বো অনীনি।

মীওইবগী অমুক্তা
　　　　স্নুংশিবা মচু নহাগীনি,
স্নুংথিলগীদি মতমদা
　　　　স্নুংশিবা মচু অপোকপৈনি,
অথেঙ্‌বদা স্নুংশিবা
　　　　অহল লাইনীং মচুনি,
পলেম পম্বো স্নুংশিবা
　　　　ঐগীদি মতম পুম্বনি।

মীওইববু স্নুংশিবা
　　　　অতাহবা জাংকী মচুনি,
মহোশাবু স্নুংশিবা
　　　　ঈশ্বর মাগী মচুনি,
অত্তোবদা তিল্লিবা
　　　　মচু মখল কয়ানি,
ঐগী স্নুংশি' অপুম্বা
　　　　পলেম-পম্বোদা তিনবনি।

# লৌমী।

ফাটরেন থাগী পঞ্চমীদা
অঙবা পূংফম ক্ষেণফমদা
মালেম যোংলৈ কাঙত্না
লৌবুক পালেম থুকম্বা
অনৌবা আশা লোযননা
ইথৌ পূক্লীং ঈগুনবা
হে লৌমী অপাইবা
কযাদা থম্মোই চাউরিবা।

ফৌগৈ চীংত্তম শানবা
মহৈ মরোং চুম্নবা
নীঙখিবা বোরানি
রাথল লৈফে য়াওদনা
লেপচখিবা পূক্লীংনি
পূক্লীং অনৌ লোঙদনা
ফৌওইবীবু নীংখিবা
ওইসম্নু মঙোল পীবিবা।

কালেন মুংশা মরক্তা
অরা অনা থৌওইদা
মালেন লৈমায় থোংনবা
যোংলৈ ত্তোয়না কাওলগা
লৌবুক লৈহাও কানবা
তেংলৈ মুংশা ফংলগা,
হো লৌমী হোংনরিবা
নওত্তনি জাতি য়োকলিবা।

কিমন তংখাই শেংপদা
ইকাই-ইকি খমুদ
লৌবুক রাখন্নহুনা
অহিং-মুংথিল লেল্লিবা
রাখল পোরম ফাত্তুনা
চৌংখৈ কিত্রপ ভাইরিবা
লৌমী নওগী পুক্তিনি
মিহৌরিবনা ঐহাকনি।

নঙগী রাখল চয়্নবা
থোনা নঙগী হন্দবা
নো·জু মু·শা মরক্তা
অঙাং-অশা খাঙতনা
শৈখোম শৈনাং মরক্তা
হুমাং ঈরি চেন্দুনা
হোৎনবিবা নঙগুম্বা
মায়্নবা কনা শৈরিবা ?

য়েক্লবনা কনানো
চায়্নবনা কদাযনো
থম্লুবা শৈতে নহাকী
পীক্লরিবা ভয়্নবক
পূয়্নমক্কী থরাই মথোয়গী
হিংহল্লবা পূয়্নমক,
পশেম পম্বো নহাকনি
শৈবাক নিংথৌ নঙতনি।

নঙগী দাননি অথোইবা
পুম্নমক্কা ৎৌ'রবা
নঙগী দান লৈত্রবদা
হিংগদবা কনানো
নঙগী খোম্লাং ফাংদ্রবদা
চাউগদ নাউরা কনানো ?
নঙতনা পলেম-পম্বোনি
অথোইবা দাতা নঙতনি।

নঙগী দান ফংত্রবদা
খোম্লাং নঙগী রাংলবদা
সনা লুপানা য়াগত্রা
পাক্লবা তাইবং অসিদা
ফুবা দলাল উগত্রা
অচৌবা সহর ময়োম্দা।
নঙতনা ঈশ্বরনি
নঙতনা থরাইনি।

নঙগী নগুণ খঙবদা
থোনা নঙগী চবদা
নিংথৌ মাবু মিহোনে
নঙতবু কল্লকে,
ফুরা দলাল পামজদে
ননাক্তদা লৈনী হ
নঙগী মঙোল ওইনবা
পাম্মী লাইনীং নীংজবা ।

"লৌবুক্তা ইপানি
ইংথোম্না ইমানি"
নঙগী শৈশক তাথিবা
নাউক্তম ওহরে ঐথোম্না
কোয়না চত্তুনা থিরুবা
লৈরম্মেনে নঙঙোম্দা ,
নঙভনি পূজা তৌগদবা
নহাক্তনি লাংকদবা ।

নগুত্তনা থরাইনি
নগুত্তনা খিংফমনি
নহাক্কী থৌনানা
ভাইবং অসি ওইবনি,
নগুবু শকথওদবনা
ঝাবা হায়বা শোয়ত্রবনি,
লৌমীবু মীথা থাবিবা
মহাক্কুনি অমম্বা ।

লাকও লাকও চৎসি লাও
নীংতায় শল্লাইদনা লাও
লৌমীগী কোলোই শক্লুসি
পূক্লীং হকচাং লোযননা
ওমজবা মতেং পীরুসি
মচা ওইবা ঝাথম্না,
লৌমীতনা পলেমনি
লৌমীতনা পম্মোনি ।

থীকসি মঙ্গদো
শোল্লুসি লাইশোন্দো
লোমতাগী মপাম্না
ঐখোয়না হিংজনিবনি,
লোমী মহাক লৈবনা
নোকচরিবা ঐখোইনি,
লোমীতনা মঙ্গনি
ঐখোয়তনা মচানি।

---

# লৈশাং লাইপুবা

লমলোং লম্ফাং কায়ম্দা
লম্বী উফুল সোডোক্তা
থাকী ফুরীৎ অথাবা
ফুরীৎথাউ য়াম্না পাল্লবা
মল্ল ফুরীৎ মরোনবু
ফোৎন থাকী থোঙগ্রাউবু
পীথ্রাই কুদাম অতোঙবা
থুংদ নমদা ফাজিনবা ,

পীক্র থুবোম অপাবা
উফুল থোঙুপ উপ্লবা
থোঙয়েৎ থাকী অশা'বা
থুজেংদগী থুকউ কাও'
উক্ল লৈনা য়েৎশিনবা
লংঙুং কিশি য়াম্বা
য়েংবগীদি পেন্দেদা
তানা উনা হুংঙাইদা ।

খোঙগী থুক্কৈ অপিকপা
শরীক পরেংনা পাঙথোকপা
পীথ্রাই কোর্ত্তাল থৃত্ত চপ
খোঙগী শরীক ঝন-ঝন খিং
নাগী কোরিযাল ক্ষেৎ ফেৎ হাহ
চীনবান নোংথাং তোইন কৃপ
জগোই মখল অমনি
চোলোম জাত্তি অমনি,

মপা মরাং পাল্লবা
লাইগী উপু অচৌবা
অকোয হুংশেন মমিংনি
মায়কোক অমনা লুপ্নি,
"ঐবু য়েংগে যেংলরাও
লাইবু য়েংগে য়েংলরাও"
শক্তি ইশৈ লাইপুবা
শারি জগোই লৈশাংবা।

"বিলাত্তি হোদো· ভ্যাও
বিলা ত্ত হোদোং ভ্যাও
মলেশ সিঙ্কাই অচৌবা
পংত্তি পংত্তি চৎলিবা,
ঐবু য়েংগে য়েংঙরাও
লাইবু য়েংগে য়েংলরাও"
অমা চিংখৎ অমা থাদ
অমা চিংখৎ অমা থাদ

ঝন-ঝন লাইশিল মখোল
দং-দং লাইশিল মখোল
"ঐবু য়েংগে য়েংঙরাও
লাইবু য়েংগে য়েংলরাও"
"পাই অমগী অনৌরক
মত্তেক অমগী মঙ্গারক"
লাইয়েংবনা পাকথরি
মত্তৌ য়েংবনা কোয়শিল্লি

অঙগী ইশৈদি তাহৌরে
জগোই চোলোমস্থ উহৌরে
বিদাত্তি হৌদোং উহৌদে
মলেশ ঙেঙ্গোল য়েংহৌদে
ও শৈশাং লাইপুবা
পৈশা পীদদি য়াদবা
য়েংন মিংশেন থূমত্থুনা
চাউরু-লাই 'পু নমদ খোন
"ঐবু য়েংগে য়েংলরাও
লাহবু য়েংগে য়েংঙরাও"
থূংকী কোর্তাল চপ্-চপ্-চপ্
খোঙগী শরীক ঝন-ঝন খিং
শৈশাং লমদম হোংথরে
লমদম মাইকৈ তামথরে
শয়োম ইনবা অঙাংনি
ঐস্থ মহুদা অমনি।

লৈশ''বদি চৎথরে
লাইপুবদি তামথরে
চোলোম মাগী চোংখিত্রে
মাগী ইশৈ তাখিত্রে,
থম্মোইদদি মউরি
পুক্লীংনদি খোরাংলি
লৈশাং নঙগী নত্তোনা
লাইপু' নঙগী শৈশক্লা
পলেম ইমাবু নীংশিংই
থকখিবা চবোন খোরাংই
লিল্লবা ঐগী থম্মোইবু
মল্লবা ঐগী রাখনবু
মুংঙাই ইরাং কাওহল্লি
অত্থুৈগী অঙাং ওইহল্লি,
মলিগীদমক ঐহাক্লা
থাগৎলি নঙবু কাউদনা।

শংশংবা মেরুক খাংবৈগা
কোবি মতোল থূবামগা
খোংলিবা ইমাগী মফমদা
পীজরিবা পলেমগী মনাক্তা
চবোগ্না পুকথল ওইরগা
থুদৈ মতং শেংলগা
লৈশাং নঙবু য়েংনবা
পাই অমত্তং ফংনবা
পলেমগী নাক্তা ভংথিবা
ইমাদা ঐনা হায়জবা
অহোইনদুম নীংশিংই
মতমদু মিত্তা উরকই,
পানিংঙাই 'মাগী লৈতবা
ঐনা য়েংবা কংহৌদবা
হৌজিক্তা মুংঙাইবা কাওরকই
পলেমবু থোইনা মুংশিরকই।

উত্রিডৈগী উনীংবগা
উরুম্নবগী পেনবগা
অহানবগী হুংঙাইবা
অকোনবগী অপেনবা

করম্না চাংদম্নগনি
কমদৌনা পান্দম্নগনি ?
অহানবৈ হুংগী মূর্ত্তিনি
অকোনবৈ ঈশিং, চম্পোননি,

আশানা মীবু হিংহল্লি
পন্দুংফম্না লোইশিল্লি
হোৎনরিবৈ হুংঙাই শাংবনি
পন্দুংফম হুঙাই তেনবনি,

ঐনা লাইহু উরম্লবা
ইমানা পৈশা পীরম্লবা
ঙসি ঐগী হুংঙাইবা
করম্নবু ফংগবা !



# রাখন্দবা ধোবী

চংলম্মী নোংমা হূরানবা ধোবী মাগী ময়ূমদা
নুংঙাইনবু তূগলিদৈ অহিং ঙাংলো থেংবদা.
গধা মাগী পোৎপুরোই উরে চংলি হূরানবা
"ইপু ধোবী ঙাত্রেদো নোংমই শিম্বা রারুবা,
খোংঙুদনা ঙাউবা হূই। মরূপ নঙগী নথৌনি
চংলিবসে হূরানবা, নঙস্থ থঙলিবহ্রনি,
মান চাং মাঙলনি হূরানবনা হূথ্রগ।
'নঙগী ঐগী মাঙবনি, মপুনা যম্নেং ভারগ',
করি তু'মিন লৈথোকলি খঙ্‌শিন্নদ শাহ্রনা
ভাননবা হৌদোকউ, লাউন-লাউন থোংহ্রন।'
অপঙবনি হায়নবা গধা মানা হায়রকই
ঙাউবা মাবু য়েংহ্রনা তারবদা থুম্রকই—
মমিং কৈকন য়েংহ্রনা, ধোবী' ঙাউবা মুমশহে।
"নুংঙাইরেদা রাখঙবা! হৈবিরেদা পূকক্কবা।
পাউশিবগে ঐহোন্দা, নথৌ করি লৈহ্রনা
করি থৌবু তৌরুনি, চাবা পূক্তি থন্দনা?
মাঙনীংলগা মাঙগন্থ, চাকথল পীজদবসে
মাঙলবদি নুংঙাইহনি পূকক্কভবা নীপাসে.
চবেং চবেং নাকোংশাই চিলানবিন্থ ঐহোন্দা
মপু নীংবা মীলাই-ত্ত! নঙনা থোকপা তৌহৌদা?'

রাঙাং অসি তারবদা কান্নরল্লোই থন্দুনা
ব্রে-ব্রে খোংলকলে হৌন-লাউনা গধানা।

তারে খোঝী য়াওল্লে হয়া লম্না তাবনা
য়াত্রে অমুক তুমথবা শাউরে খোবী মহাক্না
লুথুম চৈবুন পায়হুনা খোঙজাওদি গে হাংবদা
হুরানবহু চেনখরে মপু তারে থঙবদা,
পোংস্থ কৈস্থ পুথক্রে। "তান চাদ করিগী
অহিং তাংলো থেংবদা, নথৌ করি মরমগী
ব্রে-ব্রে খোংহুনা মীগী তুশা থুগাইার ?"
দম দম চৈনাখোল, লাস্রবা গধা খাঙজরি।
পেল্লহুনা মথুত্তু রাখল্লবা খোবীসে
রাখঙদা কমুং তমথরে হিত্তোপদেশকী নীপাসে।

সুংশা থিংবা খাঙলিঙৈ দম-দম চৈবা নাথ্রবা
তাউবা পুকচেল মীরৈহৎ নোকমি-নোকমি তৌরিবা,
করেম্নবা রাহৈনা, "কমদোই ভাই, রাখঙবা ?
ঐনা মসি খঙহুনা হায়রিবনি হায়রিবা।
রাখঙদবা মহাক্কী ফনবনি থংয়হুনা
তোজরুবা অপুম্বা মহৈ ওগরে চৈনানা,
খোখঙদবনা রাদনা কনানবু রাগনি ?
ঐগুম্বদি য়াওবিরোই রাজো খোখঙদবৈনি।"

মমিং লৈদা লুক্কুনা থম্মোই বা'না হায়রকই
তাউবৈ মাহৈ তারগা অপঙবনা শোল্লকই
"নঙনা থল্লি' অপুম্বা অৱানবনি অৱানবা
মাঙনা মাথল নহাক্কী অমাঙবনি অমাঙবা,
ঐবু "মথৌ থঙদবা" হায়গদবা মীতাদি
নঙগুম্বচনি নঙগুম্বা, নঙগুম্নবা মীশক্তি
থুনমক্তি হৌজিকমক চংথিবনা ফগনি
নঙনা অস্নম লৈরবদি অমুক হেমা মাঙলনি।
ফংনবা মুম্বানসে ফত্ত লৈখা তারনি
অপঙবনি হায়জোদা ঐদি ঐখোয় থাযগীনি,
খোঁখঙদবৈ খোঁরম্মা হুন্নানবৈ দশা তাখিদো
মাথম্লবৈ মাবনি, মহৈ ফোলদি ফখিদে।,
মিকুপ থমতা মঙাইরে ঐবু নীংঙমলোইদোবা
খোঁখঙদে হায়রি' নঙগুম্বা হয়োংদা ঙাইরে থঙদোবা।

"মপু নীংবা তাউবা হুই" হায়নৈদো মীনদি
নঙগী শাজং থীবনা চেম্বহল্লে ওসিদি,
নঙদি মহু ওইত্রেদো অহুগুম্বা জাংকী হুই
অমুক লৈঙবা ওইসহু নঙগুম্বা জাংকী হুই।
ফননবা তোঁবদা থম্না মাবা মশিলনি
নঙগুম্বগী শাজত্তি সমাজ লৈখা তারনি।

ভাঙা অসিমক্তদা ফত্ত' নঙগুম্বগা থংনবা
করি কোল ওইগনি ? থঙজৌ ভাউবা ফত্তবা।
ঐবু "মথৌ থঙদবা" লংজিংলিবা সমাজদো
নঙগী লৈবাক ওইগনি অচুগুম্বা ময়ামদো ;
“অফবা তৌ, অফবা ফংগনি” হায়গদৌবা
অচুগুম্বা মীয়ামদো, হয়েংদা ভাইরে ফদৌবা ।”

---

# মহৌশাগী লৈবাক্তা।

মহৌশাগী লৈবাক্তা
প্রকৃতিগী লমদমদা
ঋতুই খোঙদোই চল্লক্লে
অপ্না অপ্না ফাওরক্লে ঃ
ঋতুই শউম ফংবদা
থাজং মানা লাংকপদা
পামজ মাবু ওকচরি
তরাম-তরাম ত্তোজরি।
ঋতু মাগী পামজবী
থাজং মাগী সুংশিবী
- খুল্লেং পাল্লোইনরিদো
শাগোল লেঙ্গোম্নরিদো।
ভাহুগদি খোংবানগা
লৈকংলাগা মবিচীকাগা
করিগী হয় উবিবগে
করিগী য়ারৌবিবগে ?
নিংথম থাগা ঈংবগা
নাকেন থাগা মালংগা
অমা ত্তেংথানবিনু
থম্মোই শোক্ন কম্নীনু।

ওলাং থাবু শাক্লগা
কালেন মৈশা ফংলগা
চাক্লে শারে হায়বিনু
থক-থক কংলে শোনবিন্নু।

নোংজু মানা লাক্লগা
মালেম লৈমায় থোংলগা
য়েম্নীং মঙ্গোল হুনগনি
লৈরাং মন্নি ত্তমগনি।

ফুগায়নবা লৈরাংদা
থোইমু শঙ্গু পাইবদা
কৈদৌনবা নোকপীরি
করিগীদমক হয়াওরি?

লৈরাংনা লৈমন চল্লগা
থোইমু মানা পাইত্রগা
কৈদোবগী রাবিরি
করিগীদমক কপ্পীরি?

ভুরেলনা ঈচেল তৎপসু
উনা মরু কোকপসু
ওয়্যোকইদা হায়বিনু
রারিনিদা শোনবিনু।

নাকেল থাগী পাম্বেলনা
লৈরাং লৈমন মহাক্না
রাবিম্ থক হায়জরোই
ভেংথাবিম্ থক শোঞরোই।

শরৎ থাগী থাবলনি
ঙাওজরিবা মালংনি
থাগৎ চৌরোল তাবিরোই
মুংশি শৈশক হয়াওরোই।

পুক্নীংনা মকা লামলিভৈ
হরাও মখোই কান্নিভৈ
শরৎ থাবল পেম্বেদো
উকবা থুদিং নীংখিদো।

থাইনা মৈচাক ফংলবা
থূদাং পিক্কম তৈরবা
য়েক্লবনি শরৎ থা
নোরোক ওইরে বসন্ত।

রাবা নত্তে রাকচীং থা
হরাওবা নত্তে নানৌ থা
মপুগী থৌদা ইনবনি
মাগী য়াথং ঙাকপনি।

## অরাবা ইশৈ

পামজ থাজ পূর্ণিমা
রানা ঙাইজবী থাবৈমা
থাঙ্ থকী নোংবাইনি
অথিং চুপ্পা মমখিবা ;
ঐগী অশা মুংঙাইবা
হয়াওনা শাগচয়রকপা
নোংদম থীবা লাইথকনি
ও, অরাবনি অরাবা !

মপু মাগী ঙম্পাক্তা
নোনা য়েন্নীং হুঞবা
হৈরাং-লৈরাং অশাদা
নাপন ঙদেয়রকপা
ময়োম্দি তংগ্রবা
মনাদি শংনা উরিবা
লীঙেল মাগী মত্তোদা
কনা মানো কপ্লীথিবা ?

ভুংশি মাগী মরুমদা
পাম্মু খোঙলোয় ওইবদা
ভুংশি খোঙলোয় নামনি
অমং য়াইথোং ভুমখিবা।
পাম্মু খোঙথা নৌরিবী
ভুংশি মৈচীন মৈমুবী
থম্মোই কায়বা পিরাংনি
খোম্হোক্তনা কপখিবা।

পামেল মপাল তাংলিবী
উ.বি নাক্তা য়েংলিবী
পামেল মানা তুবদা
উরীগী দশা অরাবা,
নীংবা কায়বা পুক্সিনি
শোর মপী হোনবনি
চূবা থুমেৎনবদা
লেঞবা পুক্সিনি অরাবা

মিহুন তথক্লবিবী
চেক্লা শঙ্গু চিঙ্খহৌবী
থম্মোই শোকপা খোঞ্জেলনি
ভাবিদ-শঙ্গু কৌজবা !
পারী-মমোম হুংশিবা
থাগী মচা শেৎনবা
থম্মোই কায়বা মীকপনি
ও-খোঙনা তেংথাবা

চৎলু চৎসি শক্লুসি
অরাবা ইশৈ শক্লুসি
থূদাং পিফমরগা
হুংডাই মথোই কাগনি !
রানা লেনবা পুন্সিনি
নীংবা কায়বা হৌনশানি
থম্মোই শোক্ল শক্লগা
হুংডাইবা 'মা লাক্লনি।

---

## অরোইবা ইশৈ

চৎলু চৎসি হে পুক্নীং
　　মপুই কোলোয শোল্লুসি লাও !

অয়ুক্কী হুংঙাইবা হৌখরে
চবা়ংনবা মতম লেনখরে
কোবৌহনবম্ন চায়খরক্রে
নোংপোক মাইকৈ মমশিল্লক্রে ,
　　চৎলো চৎসি হে পুক্নীং
　　　　মপুই কোলোয শোল্লুসি লাও ।

কাওরেন শঙ্খ শনগায়ক্রে
হুংথিলগী চেক্লা চাক্তাদরে
উনা ময়ক্তা যাতিল্লরে
লৌবাং শুরম্বা হয়খরে ,
　　চৎলো চৎসি হে পুক্নীং
　　　　মপুই কোলোয় শোল্লুসি লাও ।

হুমিং চীংয়া থাংলক্লে
অময়া কোরি চেল্লক্লে
চীংয়া উরোক লৈতেংলে
পাপান খুন্দোন অমখরে ,
চংলু চংসি হে পুক্লিং
মপুই কোলোয় শোল্লুশি লাও ।

থাগী নামিথা য়োৌরক্লে
ফোরোইগী ঈথক হৌরক্লে
অচিকপা তাম্বা কাওরক্লে
অহিংগী পাউজেল য়োৌরক্লে ,
চংলু চংসি হে পুক্নীং
মপুই কোলোই শোল্লুসি লাও !

য়ারেক চেক্লা চরাংনরে
মালংদা খোঞ্জেন তিনখরে
সন্ধ্যার্তি' খোঞ্জেন নিম্নরে
কোং-গাংনা মায়কৈ শীনখরে ;
চংলো চংসি হে পুক্নীং
মপুই মিংথৈ শোল্লুসি লাও !

কোরৌ হনবম্‌ তাখরে
মালেম পুম্বা মমশিল্লক্রে
চেক্লা খোঞ্জেন তাখিদবে
পোম্বী তুমখুন হন্নখরে,
চংলু চংসি হে পুক্নীং
মপুই মিংথৈ শোল্লুসি লাও।

কারম্বা কৈথেল হন্নখরে
য়োল্লম্বা পোংয়াম উখিদরে
অচৌকপা মশা পাল্লক্রে
অয়াংবা মহুমদা চংখবে,
চংলো চংসি হে পুক্নীং
মপুই মিংলেন শোল্লুসি লাও।

লাল্লবদা কঙ্গুরে
মরক্তনা কাউরুরে
অবোইবদা নীংশিংলে
অমৈথংদা কপলকলে;
চংলো চংসি হে পুক্নীং
ঈশ্বরগী খুয়াদা চংলসি লাও।

---

## মপাঙ কায়নবী কৈখেল কুম্বী

কৈখেল খেঙনা কুম্নকপী
খোঙলোয় খোঙবু কায়নবী
ওইদা লৈনম পাযত্না
লূগী কোকথোং থূংয়েংনা
থাংজেং মচি লাংলিবী
চেন্দ থুনা চংলিবী
নপাঙ কনা উত্রবোই
মাঙওই তুংওই য়েংবদি।

লম্বীনগা চৗকপনে
সোডোক্লগা শাংবনে
মাংদা মীস্ন উরক্তা
তুংদস্ন কন' ইল্লক্তা
মিংয়েংদগী খোজেন্না
হেন্না য়াঙবগুম মখনা
থল্লাই নীকপা খোজেন্নি
হৌনা হৌনা কৌবনি।

কাররকপগী খল্লদে
ঙুংথিলনিনা কিরূদে
কাখিল্লরকপী মচেম্না
কুম্মিনরকপী মনেম্না
চিথহৌরি খনবিরিত্রা
য়ৌরংয়নি নীংখিরিত্রা ?
অহিং লঙ্কাংগী লম্বেলনি
নপাও কায়নবা নঙগীদি।

পাখংচাউবা কৈথেল কাব
ঙিগনবি পলেম তথকনবা
নঙগী খোঞ্জেল অনিকপা
তাদকবু তানবা কৌরকপা
খেঙলবা মতম অসিদা
তাবিবা মাগী থম্মোইদা
থম্মোই কবি নিকুনি
তাম-তাম্না তাখবদি।

লোইরমদাইগী মতমদা
পুংজানা থেঙজিল্লকপদা
    তৌজরুবা থবক্কী ফোল
    হুন্দোকফদ কোকথোঙ ওই
কৈথেল কুম্বী মংতৌদা
কনা হন্না উত্রবদ
    অরোইবা থম্নাইনা কৌজরি
        তেংবানবা মপু নঙবুদি।

---

## মাঙগী পাৎচাও উবদা

মাঙদা উরিবা পাংচাওদা মীয়াম্না পীক থনথরে
মফম মফম থূদিংদা মীনা হৈবেঙ-লেঙথরে,
লোংথোনবীনা লোংথোল্লি ঈকাও থে ঙগাওনহূনা
লোংছপ তানবনা লোংছপলি জোম-জোম খোম্থোক্লহূনা
ঈনজৌংবীনা ঈনশোল্লি পৌরা খোঙদোন নমহূনা
হরাও-মপোৎই কারকলি লেমলৈ ঙাবু ফাবনা।

নূকাই হিবু তোংহনা ঈয়ায় পাংকৌ পাৎম্নায়দা
থূকউ থৈনা ঈনশোনবী মাগী মতৌ উবদা
মিংথুংফমদি ওইকরে ঈনশোল্লিবী মতোন্দা
খম্মোই ঐগা মাম্নরে ঈনশোন ঈনথা উবদা,
চাংজৌ নাইদ উরিবা মপু মাগী ঈপাক্তা
হকচাং হিদা তোংহনা তাউরিবা থরাই ঈপাক্তা,
হজেল পৌরা থূদা থোং পলেম পম্বোনা পীনবা
ঈনগী লাংদি শরা শন গুরু মানা পীনবা,
লেমলৈ ঙাগুম ওইরবা মপুই থৌজাল অহুমু
ঈনশোন লেপ্পা তোদনা শোনগচ্ছরি হম্নবু।

হয়াওজরি কনানা ওসি নামৎ মাওজদে
শোল্লকপি খরনা ওসি নামৎ চঙ্গিনদে
মপুই ঈপাক ঈয়ায়দা মপুই থৌজাল ফংনবা
য়াওজ তুঙ্গোল ওায়াওদে ঈনজীং ঈনশোঞ্জরিবা,
লাইবক ফবা মহাকনি তুঙ্গোল থম্না ফারবা
লাইবক নেম্বা মাগুমই ঈনশোন থুদিং কাংলিবা,
মপু মাবু রাক্নৌদে ঐবু থৌজানবিদবা
ঈশ্বর মাবু থকমদে মাবুদি থৌজানবিথিবা,
ঐনা ঐনা ফংজবা ঐগী ঐগী লাইবকনি
মানা মানা ফংজবা মাগী মাগী লাইবকনি.
পাক্র ঈপাক ঈযায়দা কোয়ন-কোয়না হোন্দুনা
মফম মফম থুদিংদা হোংন-হো'না থাজনা.
মপুগী থৌজাল ফংনবা ঈনশোন পাঙ্গল ফংবসে
ঈশ্বর মাগী থৌজাল্লি ঐনা ওমজরিবসে।

অকুৎ অতোং নাইরিবা ঈশ্বর মাগী থৃৎশেমনি
অথোই অহেন য়ারোবা কল্পরূপগী হায়বনি,
লাইবক থীবা থীদবা মপু মাগী পাত্রনি
অয়া-তুংঙাই হায়বদো থম্নবগী হায়বনি।
ঈনখোন ঈনথা তোযবগুম লেমলৈ ওাবু থিবদা
মপু মাবু নী'বগুম মাগী থৌজান থিবদা
মসিতবু ওম্নবা মানা পাঙ্গল পীবিবা
অয়োই' তুমথুন মঙদফাও' পীনবিয়ু মঙজবা।

---

## ঐতগী পামজবা

মণিনা খৃত্তঃ পায়খ্রিবৈ খঙলমদে মগুণ মণিগী
মণি মানা মাঙথ্রবদা লেপ্লকই মগুণ মণিগী।
ও ঐগী থুংশিবা। নঙনা নাক্তা লৈরিবৈ
থুংশি নঙবু থৌওইদে, নঙবু ঐনা থোঙ্গাওমৈ।

নঙনা লমদম তামথ্রবদা নঙগী থুংশিবা লেপ্লকই
হেন্না-হেন্না তামথ্রগা অস্তুম অস্তুম লেপ্লকই।
অহেনবা পাম্বা সংসারদা অহেনববু ফংনীংবা
হেনবা পাম্বা ঐখাক্তা তামথিবদা লৈরে অহেনবা।

তুমা চাক্তামিন্নরিবৈ থুংশি থোম্বাং তারক্‌দে
চেক্লা নাইতোম তাববদা পোম্বী তুমিন লৈঙমদে।
নাইতোম মানা থোংথিবা থম্মোইঙ শোকপা থোঞ্জেল্লি
তারিবা ঐগী থম্মোইস্তু নাইতোম নঙগা পাংথকনি।

য়ুমগী থুঙ্গু য়ুমথুঙ্গু, নশাকী মানা তামথিবদা
পোম্বী নঙনা থোঙখিবা ঈচৌবি থম্মোই নাপ্পদা।
লমগী থুঙ্গু লমথুঙ্গু, নাইতোম লুম্না থোংথিবা
থুমথক য়াঙলেন মত্তোম্দা, ওইহেরি ঐত্তোম্দা তুম্মংপা।

ভক্ত-মম্বা অহিংগী অমঙবা নোংগী অত্যাদা
নুংশি থোম্বাংনখিবা মথোঙ নেম্বা নোংখাদা,
নাইতোম শাখপনখিবা নাইতোম নঙগী থোম্বাংদা
ও পাংতা তাবা চেক্লা। তাইবং ঐদি তারিদো।

থাদা মচা কোল্লিহৌ মচাই নুংশিবা খল্লুদে
পাল্লী-মমোম উদবদা থোইনা হেন্না কাউমদে।
নুংশি মাবু নুংশিকদে নাক্তা লেঙদ লৈবনা
ওইরবদি তশেংবা হেলহনগনি তাম্নবনা।

মবেম্মা সীতা হুখিবদা পঞ্চবতী উমংদগী
নুংশি ঈচেন কনখিবা শ্রীরামগী খম্মোইদগী,
চাংজো পানা চেনখি। খিংঙমদবা নুংশি ঈচেল
সনা লঙ্কা কমদৌখি য়ৌথিবদা নুংশি ঈরেল।

লৈহৌরম্লবস্ম করিগুম্বা অযোধ্যাদা
হেল্লমগনি অমুকা রামগী নুংশিবা সীতাদা,
সীতাসু অহুমঙাই, ভরামরি বনবাসনি
খম্মোই লকা নুংদদি শরুক লিশিং হেল্লমগনি।

মিকুপ থরদং কাম্নবদা হেনগংলি নঙগী নুংশিবা
থোইনা অমুক হেন্নবা পামলি কুইনা কান্নবা।
নঙগী নুংশিবা হেম্নবা লমদম তাম্না লৈবিয়ু
হেম্ন-হেম্না নুংশিনবা ঙম্নখৈ থাপ্নীয়ু।

ও ঐগী হুংশিবা। নঙবু ঐনা হুংশিজৈ
নঙগী হুংশিবা কাউখিত্রা? হুংশি ঐনা চিংনজৈ।
পামজ' ঐগী হুংশিবা অশেংবনি অশেংবা
তাল্ল-তাল্লগা হেনগৎলি ঐগী অশেংবা হুংশিবা।

চীক্ল-হুংশি খঙনবা চীংহুং তাম্পা ওইজগে
অরাঙবদা কাউদে উৎনবা পীথাদোইগুম খোংজগে।
তাম্ল-লৈরং' পামজবা ভানু থঙ্গোং তমজগে
চাকলেন তরা থৌওইদ লমখুনুগুম খোংজগে।

হুংশি কৌবা হে ঈশ্বর। মক্ষম মক্ষম থুদিংদা
লৈরবন্সু নহাক্লা মতম লৈবা থিবিজ্বা
নঙবু হেক্তা ফংলবদি, নঙবু হুংশিবা ঐহাক্লা
ঈশিংনা চন্দোল খিনবগুম ওইরমগনি শোয়দনা।

চেংন-থাপ্ল লৈহিয়ু খোটন-হেম্ল নীংজগে
হুংশি কৌবা নঙতবু হেন্ন-খোইন হুংশিগে,
অহুক্কী মতিক হুংশিনবা অহুক্কী মতিক থাম্পীয়ু
অস্থম-অস্থম হুংশিনবা হেম্ন-.হম্না তাম্বিয়ু।

---

## ঙাইরি নঙবু পলেমনা।

বসন্তগী মত্তম্না পুন্সি খোঙলোয়নরবদা
খোইমু মাগী মত্তোগুম কোয়না লৈহী থিথিবা
হো নহা অমুক্তী! হল্লকপা ওইরে নমুমদা
লমদম কৈদনো নহাক্তী হৌজিক ফাওবা লাক্ত্রিবা?

খোইরা নহুম চাউত্রিবা, চাউহনগনি হায়রম্বা
পলেম শঙ্গায় অহোবা ফুলহনগনি হায়রুনা
ইমাগী মাঙদা হায়রগা নোক্লা বিদায় লৌখিবা
ঙাইরি ইমাগি অসোমদা হল্লকখিনি নীংতুনা।

লৈকন্ড-শঙ্গায় শঙতুনা পলেম নঙবু পোকচবী
পলেম পাঙ্গন শোনবীনা লেল্লি চয়া নামদা,
নঙগী তুংশি আশাদা অরা-কোঙ্গায় কাউরবী
পলেম 'মাদি ঙাইজরি নঙগী হল্লকপা আশাদা।

লোইদাম থাবুম য়ামথরে চহি কুমজা থুদিংগী
পারী নঙগী দমক্তা পলেম 'মানা ঙাইরিবা
মত্তম অসুক কুইরবা তাদবা নপাউ নহাক্তী
পারী নঙগী নরাম্নি পলেম 'মাবু রাহনবা।

ঙদি বসন্তগী অয়ুকনি অনৌবা আশাগী অনৌবা
সোমদা পলেম মহাক্তি রাকচীং থাগী থামৈনি।
চম্থিবা ঈচেলনা কল্লকপা কৌবা লৈত্তবা
পলেম ইমাগী মুমিদাং অযুক নঙনা কাউবনি।

মিদাংদা পুন্সিগী চঙলবদা পুংলূপ অহিংগী
তাইবং মোংফম লম্পাক্রা পলেমগী আশা য়োম্নবদা
ঙদি লমদম অত্তদা করি মহাওদা খোইহীগী
পলেম 'মাবু কাউবগে মত্তম অসি ফাওবদা?

ভূমিগী লমদমদা মবিচীকানা লৌনম্বগুম
ক·াগুম্বগী পাউদমদা পলেম্বু রাবা কোকহল্লি,
কন থাগী উকংনা বসন্তদা য়েম্নীং নীংহনবগুম
মুংলমদাইগী থাংমৈনা থংঙান ঙানগুম হরাওহল্লি।

কচিং থাগী মতুংদা ওইরকপা বসন্ত অতুদি
অরোইবা মংনা থংথিবা অনৌবা পুন্সি ওইবম'নি,
রিগুম্বদা নঙনা পলেম 'মাবু থিরক্লবদি
অরি-অনৌ শিন্নফম মোংফম 'তুমক্তদা ঙাইরম'নি।

---

# ৱাকচৌংগী উল।

হায়নৈ মীনা নঙবু তমথীরবা
শোম্নৈ নহাকপু মীনা থারবা
ভাইরি ঐনদি সোমদা নহাকপু
হৌহল্লি ঈরাং ভাইভমদবা ঐবু
হো ৱাকচৌংগী উল।
নঙবু ঐনা ওকচরি।

পশোংকূং পাল্লবা নঙগী শকফম
ত্তাকবা নঙোন্দা ঐগী মিংফম,
থাম্লবা ঐগী ইগী মুমথক্তা
কেম্লবা কুমজা কযাগী খোঙনেত্তা
হো ৱাকচৌংগী লল!
নঙগী ফিগাও শাজরি।

লবুক লৈমায় থক্কী চক্কাখোল্লা
বেম্ল কংলবা উনা-ৱানানা
নঙগী পাল্লা ভোরবা কীজোনবু
ঈনা অয়ুক্কী কীগে ওইববু
হো ৱাকচৌংগী উল!
হল্লাও-মিংয়েং থমজরি।

নঙগী ফীজোল ফংবদা উনানা
মতম কুইনগী যুম থাদোক্তুনা
নঙগী লুপাগী ফীজোল মখাদা
চীক্ক বসন্ত লাংনীং ভমথ্রবদা
হো রাকচীংগী উল।
ঐশু মাগুম নীংজরি।

লুপাগী উল্লেন নঙনা তাবদা
কেল্লবা সনাগী উনানা লৈদা,
অনৌবা হার পীঠনা বসন্তগী
যেন্নাং ভম্বিরিবা নানৌ থাগী
হো রাকচীংগী লল।
নঙগী ফাগাও যাজরি।

সনাগী সোরাক লমজাও থক্তনা
থীকপগুম উফুল ফাবা চন্দোন্না,
রাকচীংগী নোংলীকপু মঙগী তুংদা
ভম্না পুরক্রিবা কান্দ-কাইদা
হো রাকচীংগী লল!
নঙবু ঐন ওাইজরি।

অরিবা উনা থম্মোয় পামেলগী
কেন্দুনা মল্লবা ঐঙোম্দা মক্তগী
তিন্নঠনা নঙগা মাজেম লৈদা
ওইহল্লু অনৌ' যেম্নীংগী হারদা
হো রাকচীংগী উল।
থোরাং ঈথৌ লাংজরি।

নঙগী তুংইন্নরকপা নোংলীক্লা
মায়-মিৎ পামেলগী পাঙহন্দুনা
মীকপ থোকপগুম বসন্ত ঋতুগী,
থোকহনবীয়ু থম্মোই পামেল ঐগী
হো রাকচৌংগী উল।
নঙবু তরাম ওকচরি।

অরিবা উনা কেলহন্দুনা নঙনা
অনৌবা য়েন্নীং হুলহল্লি থোৎনা,
হরাও-মথোই কানবা হরাও থাগী
হৌহল্লি ঈথক হুংঙাই ঈরাংগী
হো বসন্তগী লল!
ঐগীস্থু চিৎথবিগনু।

উল্লী-রাউরী রাম-রাকচাং থাগী
চক্কথোক থোঙ্গুল লীবা নহাক্কী,
নোকচবি হরাও থম্মোই পামেলদা
পঞ্জরি অবি' উনা কৎপদা
হো রাকচৌংগী লল
ঐগীস্থু লৎনবিগনু।

---

## নুংঙাইরিবা কয়াদা।

শাগৎলিউদা ৱাংনা ভাবকী দলান ঐহাক্কী
        নুংঙাইরম্বা কয়াদা, নুংঙাইরিবা কয়াদা!
[illegible] পাংলোইনখিবা নুংশি মণ্ডলান ঐহাক্কী
        নুংঙাইরম্বা কয়াদা, নুংঙাইরিবা কয়াদা!

নাংখায়সনু বুদ্ধিনা করিগী নোংবা কায়রগনি,
কায়সনু মণ্ডলান মৌকপা ক'রগী মিহুল চোংগনি?
        ভাবকী দলান শাবিদৈ অরাবা কৌদা থম্লু'দ,
        নুংশি মণ্ডলান মণ্ডখিবা নুংঙাই পান্দম পীওমদে,

ৱাননবা পোকলক্কে নুংঙাইনবা পোকপনি
কপ্ল-কপ্লা পোক্ল'সু কপ্ল-কপ্লা নুংঙাইনি,
        কপ্লতবু ৱাবরা? কপ্লদসু নুংঙাইবা লৈ,
        নোকপতবু হরাওরা? নোকপদসু ৱাবা লৈ;
নুংবু নুংঙাইরবদি ভাবকী দলান করি থি,
ৱাবু ৱারবদি ইনাক-কৈরাক করি থি?
        অৱা-অনা কাউরিবা ভাবকী দলান শাগনি,
        সিদগী হেন্না নুংঙাইবা নুংশি মণ্ডদম তমগনি।

থরাই য়াওনা শাজবা ভাবকী দলান ঐহাক্কী
উদনি করিগী, উরোই করিগী তাইবংদা ?

তোইনা মডবা সুংশি মঙলান ঐগী মাগী ঐহাক্কী
সুংশি মারী শাবনি ঐগা মাগগী নাপ্পদা,

যুম্ফম ওইরিবা ভাবতনা তশেংবগী হৌফমনি
সুংশি ঐগী মঙলান্না সুংশি তাইবং ওইবনি,
ভাবকী দলান শাদবা তাইবং দলান উবরোই
সুংশি মঙলান খঙদবা সুংশি নাপ্প চাক্রবোই।

শাগৎকনি রাংনা ভাবকী দলান ঐহাক্কী
সুংঙাইনবা তাইবংদা সুংঙাইনবা পুন্সিদা।

সুংশি মঙলান মঙগনি মাগী ঐগী ঐহাক্কী
তাইবং ফাওনা সুংঙাইবা উৎলগনি পুন্সিদা।

শাগৎক্তিদুদা রাংনা ভাবকী দলান ঐহাক্কী
সুংঙাইরম্বা কয়াদা সুংঙাইরিবা কয়াদা।

থূজেং পালোইনখিবা সুংশি মঙলান ঐহাক্কী
সুংঙাইরম্বা কয়াদা, সুংঙাইরিবা কযাদা।

লোইরবা।

"ঐপী শৈরেং" অহানবা শরুক অসি ফোংনবা থোংনবদা মতেং পীবিয়কপা ডাইরেক্টোরেৎ গোবর্ণমেণ্ট, এডুকেসন ওফ মণিপুরবু পুম্মোই শেংনা থাগৎচরি।

## শৈরেংবগী হৌজিক ছাপা তৌরিবা :

১। ঐপী শৈরেং অনীশুবা শরুক।

২। খুমন শজায়।